# ꯀꯌꯥꯝ ꯀꯨꯢꯅꯥ ꯉꯥꯢꯗꯨꯅꯥ ꯂꯩꯈꯤꯅꯤ

# কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈখিনি



# ꯀꯌꯥꯝ ꯀꯨꯏꯅꯥ ꯉꯥꯏꯗꯨꯅꯥ ꯂꯩꯈꯤꯅꯤ

# কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈখিনি

কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ




শৈরেংবশিংগী অপুনবা লুপ (শাল), মণিপুর






# ꯀꯌꯥꯝ ꯀꯨꯢꯅꯥ ꯉꯥꯏꯗꯨꯅꯥ ꯂꯩꯈꯤꯅꯤ

# কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈখিনি

**KAYAM KUINA NGAIDUNA LEIKHINI**

*(a lyrical poems in Manipuri language)*

*by* **KEISHAM PRIYOKUMAR SINGH**
*Haobam Marak Keisham Leikai*
*Imphal, Manipur*



| | |
|---|---|
| অইবা | ঃ কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ |
| অফোঙবী | ঃ কৈশাম ওংবী অনিতা দেবী<br>হাওবম মরক কৈশাম লৈকায়,<br>ইম্ফাল- ৭৯৫ ০০১ না<br>শৈরেংবশিংগী অপূনবা লূপ (শাল) গীদমক ফোঙজবা |
| মখুমগী মওং | ঃ অইবা |
| মখুম যেকপিবা | ঃ শীতলজিৎ মঙাং<br>হাওবম মরক চিংথাম লৈকায়, ইম্ফাল |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ ২০১৩ |
| মশীং | ঃ ৭০০ |
| মমল | ঃ লুপা ১৪০/- |

**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং**

১) বিদায়না পন্থুং ওইরগেরা (২০১১)

২) ঐনা নঙবু নুংশিবগুম...
নঙনসু ঐবু নুংশিবরা... (২০১২)

**লাইরিক ফংফম** ঃ অইবগী য়ূম অমদি শালগী ওফিস

লাইরিক নম্ফম ঃ উলেল্ মীতৈনা তাইপসেট তৌরগা
জিঃ কেঃ প্রিন্টর্স, উরিপোক লৈকং থোং মনাক্তা নম্মা।

# কচ্চবা

যুগ-যুগ খূদিংদা শায়োল্লিবা
তাইবংগী অচৎ-চত্তা খূদিংবু
পাঙ্গল থৌনা হাপ্পিরিবা
হে! শকউদবা ইবুংঙো !
তোঙান-তোঙানবা মিংলেন লৌবিরিবা
পূম্নমকপু খঙবিবা, খূদিংমকপু উবিবা,
অমম-অঙান খায়বিরিবা
অইং-অশা নাইহনবিরিবা
নামিবা নুংশিৎ য়েনবিরিবা
অরাম-খৌরাংবা কোকহনবিরিবা
তাইবং জীবগী থৱায় ওইবিরিবা
মফম খূদিং য়ৌঙন্বা
পোৎশক খূদিংদা য়াওরিবা
নতিক চাউবা শকউদবা
মপান নাইদ্রবা অথোইবা
নহাক্কী নগুণদি তোল্লবনা
থাবগী লোইবা নাইরোইনে।।

"কচ্চরিনে লৎনবিনু ৱাহৈশিংসে
হৈত-হৈত লাঙজবনি
নহাক্না পীবিবা ৱাখলতনা
লেংজবনি লীক্লাংগুম ৱাহৈশিংগী
লৈখল চায় চাদে থিবিগনু
কচ্চনিংদুনা কৎচবনি নখূয়াদা
লৎনদা লৌবিয়ুকো ৱাহৈগী লৈচলসে"।

- অইবা -

# প্রেসিদেন্টগী ৱারোল

মীওইবা ওইনা পোক্লবদি ঐখোয়না মীওইবা সমাজগীদমক্তা করিগুম্বা ঙমজবা থবক খরা পাঙথোক্লম্বা অমদি থনম্বা হায়বা অসি য়াম্না মরু ওইবা অচুম্বা ৱাখল্লোন্নি হায়না লৌবদা অরানবা ওইরোই। মীওইবা খূদিংমক তোঙানবা শিনফমদা লৈনরবসু মশা-মশানা পামজবা, হৈজবা তোঙান-তোঙানবা কলা কয়াদা খুদম ওইনা লাই য়েকপা, ঈশৈ শকপা, ৱারেং শৈরেং ইবা, লিলা দ্রামা অমদি ফিলমদা পামজবা কয়া অমা লৈনরি। অসিগুম্বা মশাগী শিনফমদগী তোঙানবা তোপ-তোপ্পা হীরম কয়াদা মীওইবা সমাজদা কান্নরবা মচাক মথুম কয়া থম্বিরম্বা শক্লাইরবা মীওই কয়া অমা লাইরক্লেন্দা তিনখরে, কয়া অমা ঐখোয়গী ইরক্তা তিন্ন-তোংনদুনা হিংমিন্নরি। অসুম্না মীয়াম সমাজগীদমক্তা করিগুম্বা খরা অইবা ওইনা থনমগে হায়বগী পান্দম অমসুং ৱাখল্লোনগা লোয়নননা চঙশিল্লক্লিবা ইনাও শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমাব সিংহ এঃ আইঃ আরঃ ,ইম্ফালগী শৈরেংবা অমদি মণিপুরী দিজিটেল ফিলম খরগীসু ঈশৈ ইবতা নত্তনা শৈরেংবশিংগী অপূনবা লূপ (শাল)গী সেক্রেটরিসু ওইবিরিবনা মহাক মশানা ইবা ঈশৈ শৈরেং লাইরিক অনীখকসু মমাঙগী চহীশিং ২০১১ অমদি ২০১২দা ফোঙদুনা মীয়ামদা খূদোল তমবিখ্রে। হন্দকসু অসিগুম্না ইনাও অসিনা ইবিদুনা ফোঙদোকচরিবা ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইবিক মমিংনা "কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈখিনি" হায়না মিংথোনবা অসিনা মহাক মশাগী অহুমশুবা ফোঙবা লাইরিক্নি অমসুং "শাল" গীনা তরাহুমদোই (১৩) শুবা লাইরিক্নি। অসুম্না ইনাও অসিনা লাইরিক খরা মথং মথং ইবিদুনা পুথোকপিরকপা অসিদা ঐহাক অমদি "শাল"গী মায়কৈদগী হরাওবা- নুংঙাইবা ফোঙদোকচবগা লোয়নননা ইনাও শ্রীকৈশাম প্রিয়োকুমারবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। মতুংদসু ইনাওনা লেপ্পা লৈতনা মখল-মথেল কয়াগী লাইরিকশিং ইবিরকখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থমজরি।

মতম লৈবখিবিক্তা ঈশ্বরনা শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমারবু ইবগী পাঙ্গল থৌনা হাপ্পিবগা লোয়নননা পুন্সি নুংশাংনা মীয়ামগী সেবা তৌবা ঙম্বা পীনবিবা ওইসনু হায়না হায়জরি।

শ্রীঙাইরাংবম মুনিন্দ্রো সিংহ
প্রেসিদেন্ট
শৈরেংবশিংগী অপূনবা লূপ (শাল), মণিপুর।

# ঝাকম খরদং

অহানবদা ইকায় খুম্নরবা অমদি ইকায় খুম্নরবী খাই মীয়াম্দু ইকোক নোম্না তরাম্না ওকচবগা লোয়ননা নোম্লুক্না খুরুমজরি। মমাঙদসু ঈশৈ লাইরিক অনী হৌখিবা চহীশিং (২০১১, ২০১২)দা পুথোকচল্লে হৈত-হৈত্তা লেংশিঞ্জদুনা, য়াম্না কিনা হোৎনজখিবনি পূম্নমক, অদুবু অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওরম্বসু য়াই লাইরিকুদা (ময়েক্কুদা), অদুগা মদু মীয়ামগী ঝাখল অমদি থস্মোয়দা করি ফাওবিরমগদবনো হায়বদুদি খঙজল্লে।

ফোঙজখ্রিবা ঈশৈ লাইরিকশিং অদুগী ময়েক মখা চৎথরকপা ওইনা হন্দকসু করিসু খঙজদ্রবা পঙলবা ঐহাক্না হৈত-হৈত লেংশিঞ্জখিবা ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইরিক কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈখিনি অমসু মীয়াম অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কেদা খূদোল তমজনবা শেম-শাজদুনা পুথোকচরি। অদুগা পুথোকচরিবা লাইরিক অসি মীয়াম্না নুংশিবিদুনা পাবিনবা হন্ন-হন্না নোম্লুক্না হায়জবি অমদি অশোয়-অবান কয়া পুথোকপিরক্কুনা খঙদবা, চীখ্র নাম্বুবা কয়া যাওববসু তাকপিবক্কনি নীংজৈ অমসুং তাকপিবকপা খূদিংমক ফিগাউ শানা লৌশিঞ্জবা ঙমজদুনা পূক্নিং-লৌশিং ওইবা ঙমজগে হায়না পাবিরিবশিংদা হায়জবি। অদুগা য়াম্না কিজজবা অমনা সাহিত্যগী লমদা খোঙ থাংজিনবা হায়বসে অবায়বা অমদি নত্তে পূক্নিংদা ঝাখলদা ওম্থোক্না য়াম্না কিনা লৌজে কবিসু খঙজদ্রিবা অমা ওইনা ঐহাক্না, অদুবু পুথোকচরিবা লাইবিক অসে খঙলে-হৈবে খন্না পুথোকচবসু নৎচদে, চুম্না থস্মোয়দা লৈজবা ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী ঝাখলদা ফাওবকখিবা ঈথক-ইহ্ল খর-খরদু ইশিঞ্জদুনা থমজহৌবদগী ঙসিদি মীয়াম-মাঙদা লাইবিক অমা ওইনা শেম্নদা মচেৎ খজিক্তা ওইববসু য়ারদরা খঞ্জদুনা লাইবিক ওইনা পুথোকচদুনা মীয়ামদা যৌহঞ্জনিংবদগী ঝাখলদা য়াম্না ঝানা,পামজমনখিদুনা শেম-শাজরকপনি। অদুবু পূম্নমক ঈশ্বর মাগী মখূত্তা লৈবনা হোৎনজকবা খবসি কদায়-য়ৌনা মায় পাক্নগদগে হায়বদুদি ঈশ্বর মাগী নোংদম্নি অমসুং মীয়ামগী মফমদা পূম্নমক শিন্নজরি।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা ময়েকশিং অসি হৌখিবা চহী ইং শক ২০০৬কী জনুৱারি তাং ১২দগীনা ইং শক ২০০৯গী মেগী তাং ৮ ফাওবদা ইজখিবা এঃ আইঃ আরঃ, ইম্ফালদা শকখিবা অমদি শকখিদ্রিবা ঈশৈশিং পূম্না মথং-মনাও নাইনা খোমজিন্দুনা ফোঙজবিনা ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইরিক্নি।

ময়েকশিং অসি কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈননা শৈথাদুনা, হুন্দুনা, করেম্ন-দুনা, ইজবা নৎচদে, পূম্নমক ৱাখলদা ফাওরকপা ঈথক-ইপোম তুংইন্না ইজখিবদু খোমজিন্দুনা ফোঙদোকচবনি। অসুম্না ঙসিদি ইজখিবা ময়েকশিং অদুগী মরায়বকসু মীয়াম অমদি কলাকারশিংগী মখুত্তা শিন্নজরি।

ৱাফম অমনা ঙসি ঐহাক্না ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইরিক অমা মীয়ামদা শিন্নজবা ঙমজগদৌরিবা অসি মরু ওইনা ঐহাক্না লোয়নজবা মরূপ-মপাং, ইথকথোংবা ইয়াম্বা শরুবশিং অমদি সাহিত্যগী লমদা মাঙজিল থারবা কয়াগা শকখঙ-মায়খঙনজরুবদগী থম্মোয়দা ইথিল কয়া পীবিখিবা অদুনা লাইরিক ওইনা ফোঙদুনা মতূং ইনবা ঙম্নবা হোৎজখিবনি। খুদি থীগদরা হায়না খঞ্জবসু লৈতবদি নত্তে।

মথংদা লাইরিকসিবু মায়-পাক্লা শোয়দ-ঙামদনা পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱাবিখিবা প্রেসকী ইচিল-ইনাওশিং, দিঃ তিঃ পিঃ তৌবিখিবা অমদি বানান য়েংশিনবিখিবা ইয়াম্বা উলেল্ মীতৈ অমদি দোনেশ্বর কোন্সমবু থাগৎচরি। লোয়ননা লাইরিকসিগী মখুম্বু থৱায়-হকচাং য়াওনা য়েকপিরকখিবা ঐগী মরূপ শীতলজীৎ মঙাংবুসু তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা থাগৎচরি। পূম্নমকসিগী মথক্তা লাইরিকসিগী মরমদা ৱাফম খরা ইবিনবা হায়জরুবদা হরাওনা য়াবিদুনা ৱাফম খরা ফোঙদোকপিরকখিবা মিং ওইনা পঞ্জরবদা লৈবাক্লা থোইদোক্লা হেন্না শকখঙনরবা শৈশকপা শ্রীকুরাইলাৎপম ইবোয়াইমা শর্ম্মাবুসু ঐহাক্কী মায়কৈদগী ইকায় খুম্নবা উৎচবগা লোয়ননা হন্ন-হন্না থাগৎচবা ফোঙদোকচরি। অদুগা মতূংদসু তুং-কোইনা মসিগুম্নবা মমল য়াম্লবা ৱাহৈ কয়া হায়বিবা অমসুং পাউতাক কয়া পীবিবা ঙমহনবিখো হায়না ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি।

অরোইবদা মতূং তারকপা লাক্কদৌরিবা চহী কয়াদসু লাইরিক মথং-মথং পুথোকচবা ঙম্বা ওইজগে হায়না মীয়াম অমদি ঈশ্বরগী মফমদা ফিগাউ শানা নিজরি পীনবিরসি, পূম্নমকপুসু খুরুমজরি।

কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ

# য়াওরিবশিং

খল্লুই নঙবু ৱাখলনা / ১
মাগী মীৎচিগী মরোলদা / ২
হো নুংশিবা নঙবু করিনো হায়ম্মুনে / ৩
করম লেনখি মতমদো নুংঙাইখিবরা / ৪
করি মরী লৈনদুনা নঙনা / ৫
কোলেজদা নুংশিনবা অমা থমজিল্লু / ৬
করিগী খায়রি মীওইবা নঙনা / ৭
শাউনখিবা নোংমতসু লৈখিদে মাগা / ৮
মমায় শোনবা নূপাসে / ৯
বাবাসু পৈশা থোক্তে / ১০
করম্বা ৱাহৈ শোয়খিদুনা / ১১
চহী কুমজা য়াম্লক্লে চেঙলৌ শকউখিদবা / ১২
ফজৈদকো নঙসে শম্ভু মহাদেব / ১৩
ঐগী থম্মোয় লৈকোলদা পোল্লম্বী / ১৪
তখৎ- তখৎ চৎলিদুবু কদাইদনো / ১৫
নঙনা ইম্বোকপিরম্লবা ঐসে / ১৬
থাদোক্লো হো থাদোক্লো / ১৭
কেখ্রেদা, ফজখ্রেদকো ওম্বোক্লসু / ১৮
লাক্লে লাক্লে ইঙা-ইঙেন থাসে / ১৯
ইঙা থানা চৎখ্রগা / ২০
ইঙেন থাগী লৈচিলগুম / ২১
পাম্মু মপাউ ঙাইবদা / ২২
লৈতাহনদ্রে থম্মোয় ঐগী / ২৩
করিগীনো থাজও নঙনা / ২৪
লাক্লো ইতা থাজও / ২৫
তাঙলবা মণিগুম ঙাল্লম্বা / ২৬
কায়নখ্রবিদো নোংমা থেংনখি / ২৭
থম্মোয়দা ৱাহংসে লৈহৌরে / ২৮

নহাক্কী করম্বা মীৎয়েংনো / ২৯
ফজরবা চীক্লবা চীংয়াসে / ৩০
পোত্থাক্ষম খণ্ডদরে নওগী ৱাখলদা / ৩১
লৈতাক্ষম খণ্ডদ্রবা ঐগী ৱাখলসে / ৩২
ঐগীনি খল্লা থমজরম্বী / ৩৩
ৱাখিদবদি নত্তে ঐসে / ৩৪
ঙাওরে ঐসে ঙাওরেনে / ৩৫
হে ইমা লক্ষ্মী ইমাও / ৩৬
সনা ফূদোংবা মচুনা / ৩৭
শজিবু চৈরাউবা নুমিৎসিদা / ৩৮
লেঙলক্লেনে মহৈগী লাইরেম্বীসে / ৩৯
শাৎলবরনে কুশুম্লৈ নওবু / ৪০
কোম্বীরৈ কুশুম্লৈ শাৎলেনে / ৪১
হংলরোই ৱাহং কয়াসে / ৪২
উনদ্রে হায়দুনা কায়নরে হায়গেরা / ৪৩
থম্মোয় পান্দে হায়বিনু / ৪৪
ৱাহং কয়া হংলিবা করিগী / ৪৫
করম্বা নওগী তমথিবা ৱাখলনা / ৪৬
হূখরে ঐগী থম্মোয়সে / ৪৭
থম্মোয় শুমথিবা নহাক্লি / ৪৮
তিংখং করম্বা তিংখং / ৪৯
অহানবা উনবদা নওনা ঐঙোন্দা / ৫০
কায়নবগী চৈনা মরকসিদা / ৫১
শিম্মী ঐখোয়গী নুমিৎনি / ৫২
লাক্লে লাক্লে মে দে / ৫৩
লম্লানবী নওবু উরুবা মীৎকূপ্তগী / ৫৪
ইদোম লেনবা তম্লগে / ৫৫
ইঙহল্লো ঐগী থম্মোয়বু চান্নবী / ৫৬
নওগী নুংশিবগী মমি / ৫৭
কালেন নুংশাগী মৈশাদা / ৫৮

ঐগী লৈকায় কোয়গনবা/৫৯
মিহুনসে দং-দং চোংইহে/৬০
ঐনা নঙবু নুংশিরুরে/৬১
করিগী মঙলান্দা লাক্লম্বা/৬২
চান্নবী হো ঐগী চান্নবী/৬৩
ঐগী থম্মোয়দা লৈরিবা/৬৪
নঙগী নরালসু নত্তে/৬৫
পম্বুংফম লৈত্র খোঙচংনি/৬৬
অহানবা উনবা নুমিত্তা/৬৭
হংজনিংবা ৱাহং হংহৌদা/৬৮
অহল ওইশিল্লকপসে তল্লিদা/৬৯
তাইয়োন্নরম্লে তাইবংপান/৭০
ইরাল শীরম্লে নঙনা/৭১
লেঙশিনবিরো সাই বাবা/৭২
শল্লাংনা লুহুপ্পু ওইদুনা/৭৩
কালগী মতমগী ইবেম্মা/৭৪
খল্লু নখোয় মুন্না খল্লু/৭৫
নুমিৎ থৃদিং ৱারী শাননিংই/৭৬
থুংনৌ হায়না তন্নমদ্রমাল্লে/৭৭
নঙবু নুংশিরুবা ঐহাকসে/৭৮
নঙনা ঐগী ইনাক্তা/৭৯
থম্মোয় খঙদ্রদি নুংশি হায়রুখিনু/৮০
নোংমা নঙনা লাক্লম্বা অয়ুক্তো/৮১
ঐ-নঙ শাগৈ মান্নরমদুনা/৮২
কায়নবদুনা নঙগী পম্বুংলা/৮৩
.নাংমতা খল্লুদে কায়নবা হায়বদো/৮৪
করিগীনো নুংশিবা মাবু উরগা/৮৫
অঙাওবীনি হায়গেরা ঐবু নঙনা/৮৬
কাউবা ঙম্লোই ঐনা নঙবু/৮৭
কিজৈ ঐদি কায়নবা/৮৮

নঙগা অরোইবা থেংনবা নুমিত্তুনি/৮৯
তোয়ন-তোয়না লক্করকনু/৯০
ইমা হায়না কৌজগে/৯১
পামজৈ ঐনা হিংজবা/৯২
নঙনা পীরম্বা কায়না ব্রাহৈনা/৯৩
ব্রাহং হংবী নঙগী মীৎয়েং/৯৪
পোইনু থাসু লোইখরে/৯৫
চীনবালসিনদি নুংশি হায়হৌদে/৯৬
নুংশিবা হায়দুরা করিনো/৯৭
নঙবু খঙনরুবা মীৎকৃপ্তগী/৯৮
নুংশিবা নঙগী ব্রাহৈদুদা পঙথরে/৯৯
ইথক হৌরে থম্মোয় লাইয়ুমসে/১০০
কুন্দো পরেং নীংথিবী/১০১
কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈথিনি/১০২
কায়নবা নঙসে করিগী লৈরম্লি/১০৩
নুংশিবা হায়বদো অসুম্না ব্রাবরা/১০৪
চোংলে মিহুনসে কন্ন-কন্না/১০৫
নঙোন্দা অয়েংপা ওইরবা/১০৬
পাখঙ কুইনা ওইরকপসে/১০৭
য়েলহৌঙৈদগী অমত্তা ওইনা/১০৮

# খল্লুই নঙবু ব্রাখলনা

খল্লুই নঙবু ব্রাখলনা
অহানবা উরুবা মীৎকৃপ্তা
নুংশিবনা হাল্লুরে নহাকপু
হৌফম শাৎফম খঙদ্রিঙৈদা।।

পল অমনা খারম্লে
নঙগী ঐগী মরক্তা
পাঙ্গলসে থোকপা ঙমদরে
নঙবু নুংশিরসু ঐহাক্লা
চৎনবিগী পলনা ব্রাংখিবনা।।

নীংঙমদনা অসুম খাঙহৌরগে
নঙবু থম্মোয়নুংদা লাৎচদুনা
কাউরোকো নঙসু ঐহাকপু
হন্দক্কী মপোক অসিমগীদি
চাক্লা চাক্লা কায়নররসি।।

তাং ১২/১/২০০৬

# মাগী মীৎচিগী মরোলদা

মাগী মীৎচিগী মরোলদা
করিনো অমদি হায়হৌই
মাগী শাজৎ মতৌনা
নুংশি ইঙ্গিৎ পীহৌই।।

মতম কয়া কুইরবনি
ঐনা মাবু খঞ্জরকপা
খঙলমাল্লে থম্মোয়গী পাউদম
নুংশিবী মাগী থম্মোয়নসু
নুংশি ইঙ্গিৎ উৎলক্লে।।

খল্লুবদা ঐদি লৈতাদরে
ৱাখল অসে ইতাউ তাউরে
মাবু ঐগী ওইনিংলুবনা
হায়ফম তৌফম খঙদরে
থম্মোয়সে ঈথক হৌরক্লে।।

তাং ১২/১/২০০৬

# হো নুংশিবা নঙবু করিনো হায়য়ুনে

হো নুংশিবা নঙবু করিনো হায়য়ুনে
মাবু কুইরগা অসুম নুংশিরকইবা
থাজবদি ঙমদে ঐগী পূক্লিংসিনা
কয়াম শেংলমগবা নূপাগী থম্মোয়না॥

নোংমতং উহৌদবদা খল্লি ঐনা
করম হায়না করিবু তৌরমগনি
লম্লানবী কনাগা মীৎয়েংনরমগদ্রা
চঙহঞ্জনিংদে অতোপ্পা কনাগী ব্রাখলদা
ঐতগীদা ওইজনিংই পাম্মুবা মহাকসে।।

থেংনবা খূদিংদা নুংশিবা মাবু
ফাদুনা থম্লিংই ঐগী ইনাক্তা
অদুবু মমাঙদদি পঙথরে ব্রাখলসে
করম্বা মাগী নুংশি ময়ায়ননো
খঙদেনে মসিবু নুংশিরুবগী হৌনশারা ॥

তাং ১৩/১/২০০৬

# করম লেনখি মতমদো নুংঙাইখিবরা

পাঃ করম লেনখি মতমদো নুংঙাইখিবরা
হায়রোনে তল্লোনে চান্নবী নঙবু
কুইরবা মতমদো করম্মা লেনবগে।।
পীঃ নুংঙাইখি য়াম্মা নুংঙাইখি ঐসে
ৱারিবা হায়ববু নঙবু উদবদুনি।।

পাঃ ৱারনুনে হৌজিক্তি ঐহাক লাক্লেনে
মায়থোঙদো মোমোন মীনোক তল্লোনে
য়েংনিংলে মীৎসিনা নঙগী মীনোক্তো।।
পীঃ পঙলবী মপোকসিবু কাইহৌরম্লগা নঙনা
ৱাহৈ অমত্তা হায়রমদা চৎখিবদি
করি পূকচেল কৌবগেনে চান্নবা।।

পাঃ ঐসু নঙবু নুংশিদবদি নত্তে
অহিং কয়াসু ৱানা খাঙখিবনি
নঙগী ৱাখলদা পূক্লিংসে লৈতাদা।।
পীঃ ঐসু খাঙখি তূমদনা অহিং খূদিং
মীৎলুদা পিরাং ইহৌনদুনা
করম্বা নুমিত্তা নঙবু উজগনি হায়না।।

পাঃ ঐঙোন্দসু ফাওরিবনি পূম্নমক্তো চান্নবী
থম্মোয়নুংদদি হৌজিকসু ফোংঙমদা চাক্লিয়ে।।

তাং১৩/১/২০০৬

# করি মরী লৈনদুনা নঙনা

করি মরী লৈনদুনা নঙনা
হে ঐগী থম্মোয়গী মিহুল
মাবু উরগা তপথদনা পাখত্তুনা
লৈতাদনা কন্না চোংবদি করিগী।।

লাল্লুবরা নঙবু মাগী মকাদা
মাগী থম্মোয়বু হূরুবরা নঙনা
মীৎয়েং কারল চল্লুবরা হায়য়ু
মাবু অতম্বনা উরগা চোংলিবা।।

খঙলবরা নঙবু নুংশিবা হায়বদো
তপথখো ঙাইখোনে তহাখিনু নঙবু
অব্রা চৈথেং কায়না মৈশা
লৈরিবনি লম্বীদুদা কাউগনুকো নহাক্লা
ইঙথখো ফাত্থখো হে পূক্লিং নঙসু।।

তাং ১৩/১/২০০৬

# কোলেজদা নুংশিনবা অমা থমজিল্লু

কোলেজদা নুংশিনবা অমা থমজিল্লু
কোলেজ তোয়না কানিংনবা
ক্লাসতা চাক্লবা অমা লৈহল্লু
ক্লাস য়াম্না য়াওনিংনবা।।

মাগী মীৎয়েং তথকপিদা
ঙাওনি নঙগী থম্মোয়দো
মরোল কয়া লোল্লক্কনি
অর্থ য়াম্না লৈহনগনি
মীৎচি পাউখোং চন্নবা
কোলেজদো য়াম্না কানিংগনি ।।

মাবু উনিংবগী ৱাখলদা
লৈতারোই নঙগী মীৎয়েংদুসু
তূমিন-তূমিন হূবান্দুনা
মাগী শক্তমতা য়েংনিংগনি
অসুম তৌবা তারগদি
ক্লাসসু তোয়না য়াওনিংলনি।।

তাং ১৩/১/২০০৬

# করিগী খায়রি মীওইবা নঙনা

করিগী খায়রি মীওইবা নঙনা
জাৎ কুচু খেন্নবা ধর্ম্ম
ঈশ্বর মাদি অমত্তনি হায়বসে
খণ্ডদ্রবরা নঙগী থম্মোয় অদুনা।।

মসজিত্তা শোল্লি, অলাহু অকবর
গির্জাদা খৃষ্টানশিংনা, প্রভু যিশু কৌনরি
মৈতৈশিংসু খূরুম্নে লাইফম কয়াদা
শিদবা মপু থৌজানবিয়ু হায়না
হিন্দুশিংসু মন্দিরদা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজৈ
মাগী মাগী নীংজবদা থাজজবনি।।

ঈগী মচুনা শাক্ষীনি পূন্নমক
হায়গনু নচীন্না মান্নদে হায়না
কদায়দা খেন্নরিবা কদায়দা মান্নদ্রিবা
খূৎসু অনী পাল্লি মান্নে
খোঙসু অনী পাল্লি মান্নে
(অদুনা) ঐখোয়সে কাঙলূপ্পি মীওইবগী।।

তাং ১৪/১/২০০৬

# শাউনখিবা নোংমতসু লৈখিদে মাগা

শাউনখিবা নোংমতসু লৈখিদে মাগা
ইরাল শীনখিবসু থোকখিদ্রি অমুক্তা
উনবা খূদিংসু হরাওনা উনখি
অদুবু হন্দকসে মওং অমদি তৌই॥

কুইরে মপাউ তাখিদবা মাগী
হংলুবদসু পাউখুমদো চিংনবা ফাওরে
করিনো অমদি ইতৌদা তৌই
মতৌদা মমাংঙৈগা ইমান মান্নদে॥

হৈনদবা মতৌ খুম্নিংদবা পাউখুম
তোয়না উরক্লে মাগী শাজৎতা
করম্বা পেন্দবা লৈদুনা ইফমদা
অসুম্না উৎলিবা মতৌদা ইমাঙদা॥

তাং ১৪/১/২০০৬

## মমায় শোনবা নূপাসে

মমায় শোনবা নূপাসে
মনুংদা মরৌ লৈবনি
তূমিন লৈগনবা মানবসে
মোন্না শেংগাউ লাকপনি।।

মুন্না খল্লু ইতাখোয়
পুন্সি খোঙলোয় মহাকপু
শাউদবা মানবা পাখঙসিসু
শাউরদি নাতৈ চারোইকো
পৈশা পায়বা মানবসিসু
মনূংদা করি ওইরম্নি।।

পঙথরুনু চান্নবী ইতা-ও
নুংশি মঙলান্দা তাউদুনা
নুংশি হেক্তা হায়রুখিনু
পুন্সি খোঙলোয় শেম্বদা
পরীক্ষা হান্না তৌহৌখো
শোয়রগা হনবা য়াদবনি।।

তাং ১৪/১/২০০৬

# বাবাসু পৈশা থোক্তে

বাবাসু পৈশা থোক্তে
মামাসু থবক তৌদে
লুহোংদবদি য়াদে ঐসে
লৈশাবীদি সুম ফাজিল্লকই॥

অউনপোত্তি কমদৌবা লুহোংবগী
কাংথোলবুদি মাম্মাদা হায়খ্রনি
তিঃ ভিঃ দুসু ইখুরানা পীজরনি
পোৎলম মচা খরদুসু
ইমান্নবী মখোয়না পাংজরনি॥

মরূপ অমতং য়াওরিবসিনা
ফ্রিজ অমতংদি হাপ্লিংই
হাপ্তাগী পৈশা হুন্দুনা
লুহোংবগী মরূপ্তো য়াওনিংইদা
অউনপোৎ লাঙবা ঙম্ননবা॥

তাং ১৪/১/২০০৬

# করম্বা ৱাহৈ শোয়খিদুনা

করম্বা ৱাহৈ শোয়খিদুনা
নঙনা ঐবু শাউখিৱবা
পাউখুম অমদি পামই
কায়নদ্রিঙৈ নঙগা ঐগা।।

লানখিদবরা খল্লি নফমদদি
নঙনদা লান্না খঞ্জবনি
ঐদি নঙবু কাউঙল্লোইনে
কায়নখিবা তারবসু পুন্সিদা।।

ঐবু নঙনা নুংশিদ্রবসু
চমথোক্লদুনা কায়নসি ইবান্নি
ময়েক শেংদনা কায়নখ্রবদি
নীংঙমদনা লৈহৌরনি থম্মোয়সে।।

তাং ৭/৪/২০০৬

# চহী কুমজা য়াম্লক্লে চেঙলৌ শকউখিদবা

চহী কুমজা য়াম্লক্লে চেঙলৌ শকউখিদবা
পোকপিরম্বা পম্বৌগী নুংশিরবা শকফমদো
খোম্লেন মঙলান্দা উজবসে নত্তনা
উখিদবা কুইরেদা তাইবং মালংপানসিদা।।

ঈশ্বরমক্কি খন্দুনা লাৎচরিনে ঙসিসু
তোল্লবা নচানা নুমিৎ খূদিংদা
থবায় য়াওদ্রবা পম্বৌগী শক্তমসে
নচানা থবক চৎলমদাই খূদিংসু
মঙ্গল নির্জাবি পীবিয় হায়দুনা।।

লৈখিদবৈ কুমওন্দা লাকউকো পম্বৌও
তরা-মথেল লাঙলমগে লৈজদ্রবা নচানা
পূক্লিং পেন্না চারোলাউ তাইবং নশুমাঙসিদা
হায়রমগে লৈকায়গী নশুং-নমান্নবশিং
ৰারী-ৰাতাই নোক্লা শারখোলাউনে।।

তাং ৮/৪/২০০৬

# ফজৈদকো নঙসে শম্ভু মহাদেব

ফজৈদকো নঙসে শম্ভু মহাদেব
কোকথক্তা গঙ্গানা লৈতেংলে
লুনা পাঙবা মীৎম্লানা
তাইবং পূম্বা শুমহৎলে।।

বিষ্ণুগী মুর্ত্তিগী মশক ওইবা
মতম পূম্বদা মনাইশিংবু থৌজানবা
কোক্কী লৈতেংবু থানা ওইরিবা
লৈগা মান্নরবা থোৎলবা মীৎফম্না
ভক্তশিংবু নহাক্না নুংশিনা য়েংবিরি
ফজৈদকো নঙসে ওম্থোক্লসু।।

শাগী মঙন্না ফিজেৎ ওইবা
গুণ তরুক্কা লোয়নবা ইবুংঙো
য়েক্লবগী পাঙ্গল লৌথোকপা ঙম্বা
মনাইশিংবু কনবিবা থৌজানবিবা নহাক্কি
জীব পূম্ববু য়োকপী-থাকপিবা
মতম পূম্নমক্তা মাঙদবা ইবুংঙো।।

তাং ১০/৪/২০০৬

## ঐগী থম্মোয় লৈকোলদা পোম্লম্বী

ঐগী থম্মোয় লৈকোলদা পোম্লম্বী
থম্মোয় হুবী লৈরাং অমা
কেনখ্রে মদোম লৈখোক্তগী
খঙহৌদ হৌরকপা নোংলৈ অমদা।।

ঐগী থম্মোয় চীক্ল লৈকোলদা
হাইনা-হুম্না শান্নজরম্বা মানা
থম্মোয় থম্মোয়দা পাউখোং চন্নখিবা
নুংশি ইঙ্গিৎ কয়া পীনখিবা
লোইনা ঙম্না মাঙখরে ঙসিদি।।

মচোই-মচোই কেন্দুনা তারেদো
থম্মোয় অনীগী নুংশি মরীদো
নুংশিখিদবদি নত্তে অমনা অমবু
থম্মোয় মিহুন খঙনদবসু নংখিদে
তমথিবা নোংলৈ শহুমদা লাপ্পখিবনি।।

তাং ১২/৪/২০০৬

# তখৎ-তখৎ চৎলিদুবু কদাইদনো

তখৎ-তখৎ চৎলিদুবু কদাইদনো
তঙাও-তঙাও লৈজরম্বা ঐবু
তথক-তথক মীৎয়েংদুনা কাইহৌবিরেনে
কোয়তান-কোয়তান তান্নদুনা ইন্ননিংইদা।।

মোন্না-মোন্না নতূং ইল্লক্কেনে
তচোপ-তচোপ চৈবিরক্কনু ঐবু
হাথু-হাথু শাউবিখিনু নঙনা
তপ্না-তপ্না ৱারীসে তাখোনে।।

চম্না-চম্না অসুম খঙনসিকো
নুংশি-নুংশি তৌবিয়ু ঐবু
থম্মোয়-থম্মোয় মরী থম্নসি
তহা-তহা চৎখিনু থাদোক্কুনা।।

তাং ১৪/৪/২০০৬

# নঙনা ইস্থোকপিরম্লবা ঐসে

নঙনা ইস্থোকপিরম্লবা ঐসে
লেলহৌরসনু পুন্সি চূপ্পসে
কায়না মৈশা খাঙদুনা থম্মোয়নুংদা
মীৎলু পিরাং কংদবা মখৈ।।

শক্লম্বা ব্রাশক খঙশিন্নদা
অকাউবগী লৈরোল চনখ্রবদা
করম্না অমুক নীংশিহল্লুনি
তূমদবা মীবু হৌদোক্লখিদরা।।

খঙই নহাক্কী অপাম্বদো
মতিক চাদে খল্লিবদো
নঙদি য়াইফকোন্দা হৌরকপনিনা
ঐবু কাউরগে খনবা ওইরিনি।।

তাং ১৪/৪/২০০৬

# থাদোক্লো হো থাদোক্লো

থাদোক্লো হো থাদোক্লো
নিশা মাবু থাদোক্লো
করি কান্ননি নিশানা
হকচাং মাঙবা নত্তনা
লন তিংবা নত্তনা।।

করিনো লেম্লিবা মদুনা
মীরক তিল্লে খল্লিদো
ইজ্জৎ মাঙবা নত্তনা
ফংলোই করিসু তোংজবা
নিশাগা মরূপ ওইরগা।।

পোকঙমদা পোকপা মীওইপোক্লি
নিশাদা তাউদুনা লৈরনু
তাঙলবা মতমসে খঙহৌরোই
অহল মতম ওইখিনি
পুন্সি শিন্থা পাঙহৌরোই।।

তাং ১৫/৪/২০০৬

# কেম্রেদা, ফজম্রেদকো ওম্থোক্লসু

পাঃ কেম্রেদা, ফজম্রেদকো ওম্থোক্লসু
অসুম্না নঙনা সুম ফজরকপসে
থম্মোয়সে মিহুন কৈনোমা তৌই॥

পীঃ করিগী মিহুন কৈনোমা তৌরিবা
ৱাখল ফবা ইবুংঙো
ৱাখল খনবা হৈম্রেদা
ফজবসে নঙগীদমক নত্তরনে॥

পাঃ মতম্না মতম ফত্তবনে
মীনাগা ৱাখল ঙাওনবনে
করিবু থোক্কদ্রা পাখৎলি
ঐগীতা ওইনিংই নহাকসে॥

পীঃ করিবু তৌনি হায়বগে
লেপতৌবা ঐনা লেপ্লবদা
করিগী অদুক ৱারিবা
নৃপা থোক্তবা মাল্লিকো॥

পাঃ যৃমদা লৈরে লৈঙমদে
নঙবু উরে খোয়রাংই
ফজবা নতৌ উবসে
পৃক্লিং ইরাঙ লাঙতক্লে॥

পীঃ তপথখোনে পাম্মুবা মিপাইচাউবাও
ঐসে নংগীনি নঙতগীনি
তহা তহাখিনু খম্বলচাউখিনু। তাং ২০/৪/২০০৬

## লাক্লে লাক্লে ইঙা-ইঙেন থাসে

লাক্লে লাক্লে ইঙা-ইঙেন থাসে
হৌনদুনা মচীন-মনাওনা
পুরক্লে কুমগী নোংজুসু
খূদোল ওইনা মালেমদা।।

শিদয়াই হিংনয়াইগী নোংহৌনি
চুরো কন্না চুরো
হাঙল লৌবুক লমহাংসে
নঙগী নোংলিক ইরীকশিংনা
অমৃত য়েনবগুম য়েল্লরো।।

পাৎকী থরো থম্বালসু
লৈকা ফন্না শাৎলনি
ইঙেন কাংবু নংলনি
ইমায় চোন্না চেলহল্লো
ইচেল লেপ্পুরবা তুরেলশিং।।

তাং ১২/৫/২০০৬

# ইঙা থানা চৎল্লগা

ইঙা থানা চৎল্লগা
লাক্লে ইঙেন কৌবিসে
থম্বাল লৈনম পুরদুনা
হরাও মোমোনগা লোয়ননা ।।

পাৎতা হৌবী থরো থম্বাল
লৈকা ফন্না শাৎলক্লে
নুংশি খূদোল ওইনলৈসে
নিঙোল নাপ্পদা ঙাল্লনি
ইঙেন থানা লাকপসিদা।।

রাংলবা নোংদোল অতিয়াদা
মায়কৈ খঙদনা পাইরিবা
লৈচিল মাগী মতৌগুম
নিঙোল পূক্লিংসু লৈতাররোই
নুংশিবা মাবু উনিংবনা।।

তাং ১২/৫/২০০৬

# ইঙেন থাগী লৈচিলগুম

ইঙেন থাগী লৈচিলগুম
শক্লোন য়াম্বী ওইরম্লে
থাজরুবা মাগী পূকচেলদো
অপাইবা লৈচিল ওইরম্লে॥

হাঙলবা থম্মোয় লকাদা
খীক্লনি খল্লুবা ইরীক্তো
অপাইবা লৈচিলগী মতৌগুম
চুরমদা হনখরে মহাক্তো।

মৈরী চূরম্লে থম্মোয়দা
খাম্বা য়াদ চাক্লক্লে
নিংথমগী উনলেন ঙাইদুনা
লেলহৌবা তারেদো পুন্সিসে॥

তাং১৬/৫/২০০৬

# পাম্মু মপাউ ঙাইবদা

পাম্মু মপাউ ঙাইবদা
থম্মোয় অসে লাঙতক্লরে
নুংশি মাবু উনিংবনা
ৱাখল অসে লৈতাদরে।।

নুংশি ঈখৌ লাংলক্লে
ঐগী থম্মোয় লমহেনবীসে
ফাজিন পুনশিন ঙমদরে
অহিং নুংথিল অনীদা
পাম্মুবা মাগী ৱাখলদা।।

মাগী ৱাঙাঙ খোইথুম্বা
মাগী মীৎয়েং নুংশিবা
তানিংলে উনিংলে ঐহাকসে
অঙাওবীগা পানখক ওইরেনে
নুংশিবা মাগী ৱাখলদা।।

তাং ১৬/৫/২০০৬

# লৈতাহনদ্রে থম্মোয় ঐগী

লৈতাহনদ্রে থম্মোয় ঐগী
থরো থম্বাল উরুবদা
অদুঙৈ ৱাশক্লখিবা ৱাহৈশিংদো
নীংশিংলক্লে নৌহৌনা থম্মোয়দা।।

ৱাশক্লখি মাগা ঐগা
অদুঙৈ ইঙেনগী পানখৎলকপদা
ইমায় চোল্লবা পাৎয়াগী
থরো থম্বালনা লৈতেংলবা
নীংথিরবা মফম অমদা
নুংশি ৱায়থুংনসি হায়নখিবদো।।

ঙাইরকপনি ঐনা নুমিত্তুদবু
শাংলবা মতম কয়াসে
তৃম্বা মচেৎ, চাবা খঙদ
হায়নখিবা মতমদো য়ৌরক্লেনে
নাপ্পসিদা চীরোল তৌররেনে
থরো থম্বাল লৈরাংশিংসিনা।।

তাং ১৬/৫/২০০৬

# করিগীনো থাজও নঙনা

করিগীনো থাজও নঙনা
লৈচিলগী মরুমদা লোৎলিবা
নোংইন চেক্লা কাউথোক্লবরা
তাইবং কনাদা ব্লারৌরবরা?

নঙালদা শাৎচবী থাবল্লে
নঙতবু ঙাইবদা চোকথরে
লাইজ থক্কী থারিকথাসু
খোইরাঙলে নঙবু ঙাইবদা
থোক্লো নঙবু থাজও।।

নোংইন চেক্লাসে কঙাওনরনি
শাবী-শানৌসু খোইরাঙলনি
নঙনা অসুম্না লৈখ্রবদি
তাইবং পূম্বসে লাঙতক্লরনি
নীংথিরবী থাজও লোৎলনুনে।।

তাং ২১/৫/২০০৬

# লাক্লো ইতা থাজও

লাক্লো ইতা থাজও
নঙবু ঙাইহাক্তা ফম্লখোলাউ
নচা মোরাম্বী পোবিগে
পোবী শনমসু নম্বীগে
ৱারী শীংবুল লীনখিসি।।

লৈতে ঐগীদি কনাসু
নহাক নত্তনা তাইবংদা
অৱাবা ৱারীসে তাবিনবা
থম্মোয় মশকসে খঙবিনবা।।

কায়রবা থম্মোয় পাউদমসে
তম্লগে ঙসিদি নফমদা
লীথোকপিনু নঙনসু কনাদা
নদোমতা থম্মোয়দুদা থম্বিয়ুকো।।

তাং ২১/৫/২০০৬

# তাঙলবা মণিগুম ঙাল্লম্বা

তাঙলবা মণিগুম ঙাল্লম্বা
মণিপুর ইমাগী মপারী
কোলোই মিংলেন্দি 'হে ইরাবত'
পোক্লখো অমুক নরমদমসিদা।।

হৌখ্রবা কুমজা কয়াসে
নঙতবু শোন্নরি মীয়াম্না
মৈরা পরেং চূখৎতুনা
নঙবু হল্লকপা ঙাইরিনে
মীৎলুদা ইরা ইহৌননা।।

হাঙলবা লৌবুক্না কৌরিয়ে
নঙগী মায়কৈ য়েংলদুনা
লৌমীশিংসু নঙবু ঙাইরিয়ে
থাঙ্গোল ময়া থাংলদুনা
খূলং ঈশৈ শক্লবদো।।

তাং ২৯/৮/২০০৬

# কায়নখ্রবিদো নোংমা থেংনখি

কায়নখ্রবিদো নোংমা থেংনখি
কন্না চুবা নোংজু অমদা
থূপমিন্নখি নুমিত্তো ইবান্নি
তান্নবা চীংয়াগী খাংপোকশঙদা।।

মরোল থোক্লবা মীৎস্নানা
মাবু হূরান্না য়েংলুবদি
মানসু ঐবু লোন্না য়েংলম্মী
মাগী ঐগী মীৎয়েংনা
নোংথাং চাম্মদগীসু হেনখি।।

থম্মোয়দা ফাওনখি চৈনাশিং
ফোঙদোক্লদা ফুমদুনা লৈখিবদো
অদুঙৈ নক্লরিঙৈ মতমদুগী
মরাল ইরাল শীনখিবগী
নীংশিংদুনা থম্মোয় অনীনা।।

তাং ১২/২/২০০৭

## থম্মোয়দা ৱাহংসে লৈহৌরে

থম্মোয়দা ৱাহংসে লৈহৌরে
নঙগা ঐগা লাপ্নখ্রবদা
মতিক চাদ্রবা ঐহাকসে
পিরাংগা মরূপ ওইহৌরে।।

খন্থহৌদনা নঙবু নুংশিরুবা
ইদোম মৈচাক ফংহৌরে
থাজরুবা নঙগী থম্মোয়দো
ৱাহংগী হৌরকফম ওইহৌরে।।

পুন্সি খোঙলোইনি খন্দুনা
নঙবু ঐনা লাৎচকুবা
নুংশি চৈনা খাঙহৌরে
কায়না মৈশা ফংহৌরে।।

তাং ২২/২/২০০৭

# নহাক্কী করম্বা মীৎয়েংনো

নহাক্কী করম্বা মীৎয়েংনো
পাখঙ থম্মোয় হূরিবা
মীৎয়েংদো ৱাহং য়াওরিনে
থম্মোয়বু ইরাং হৌহনবা
পাখঙ থম্মোয় ঙাওহনবা।।

রাশী লৈবী শুমহৎপী
মায়া পুরিবী নহাকসে
করিগী অদুক ফজরিবা
করম্বা কনাগী মমোম্লো
লমদম কৈদবু শাৎপনো।।

পামজৈনে ঐনা নহাকপু
খোয়দাজৈ নঙগী শক্তম্বু
খঙনিংই নঙগী কোলোইদো
লেঙদনা থম্মোয়দা থমজগে
তাকপিয়ু অমুক্তা মিংলেন্দো।।

তাং ২২/২/২০০৭

# ফজরবা চীক্লবা চীংয়াসে

ফজরবা চীক্লবা চীংয়াসে
য়েংবদা পূক্লিংসে শুমহৎলি
চিংশিল্লে থম্মোয়সে লমদমসিনা
চৎখিনু হায়দুনা মফমসিদগী॥

ঐগী পূক্লিংসে নুংওল্লে
চেক্লাগী শৈশক তারুবদা
চীংনুংগী লাইজ ইরাওখোন্না
হেন্নদুম ফজবা হাপ্লেনে
উপাল ৱাপালনা হৱাওজরি
লিরি হুম্বা মালংদা॥

মেঙলবা কোরৌ মঙালনা
ঊনালক্তা কেকু লোৎলিনে
তাম্না শন্দোকখ্রিবা লৌবুক্তা
খুঙ্গাশিংগী খুলং ঈশৈ
লমদম কৈদবু লৈগদগে
মফমসিদগী হেনববু॥

তাং ৩/৫/২০০৭

## পোথাফম খঙদরে নঙগী ৱাখলদা

পোথাফম খঙদরে নঙগী ৱাখলদা
কাউবা ঙমদনা অহিং নুংথিলসু
তাউহল্লে নঙগী নুংশিবগী ইপাক্কুদা
লমলানবী নঙবু উরু মীৎকৃপ্তে॥

ইঙলবা মালংনা তল্লিয়ে নপাউ
লৈরাংগী লৈকাদসু নঙগী শক্তম্নি
পাৎকী থরো থম্বালবু উরগা
নুংশি ইনোৎ হাপ্লেনে থম্মোয়দা
মোমোন নোকপী মায়থোঙবু নীংশিংদুনা॥

লাইরেম্বীরা নঙসে মায়াগী শক্লোল্লা
থম্মোয়না হংলিনে নঙসে কনানো
চল্লম্বা পাউখোং মীৎয়েংগী মরোলদো
খঙগে হায়না হোৎনরুবা ঐসে
হেন্না হেন্নদুম অৱাবা ওইরেনে॥

তাং ৩/৫/২০০৭

## লৈতাফম খঙদ্রবা ঐগী ৱাখলসে

লৈতাফম খঙদ্রবা ঐগী ৱাখলসে
শুম্বিরোনে নঙগী নুংশিগী ৱাহৈনা
ফাজিনবিয়ু ঐগী ঙাওরবা ইতৌসে
মপাল নাইদ্রবা নঙগী নুংশিগী লীপুন্না।।

মীৎয়েংগী অর্থ চাম্মা চাম্মনা
হূখরে ঐগী থম্মোয়সে নঙনা
য়েকখরে শক্তমদো থম্মোয়গী লাইয়ূমদা
কাউবা লৈতনা মূৎপা নাইদনা।।

নুংশিবা হায়গেকো চান্নবা কৌগেকো
হিংলিবা মপোকসে নঙগী ওইজগে
ফোঙদোক্কা থল্লিবা থম্মোয়গী য়াৱাসে
খঙবিয়ূনে নঙনা থম্মোয় পাল্লবদি।।

তাং ৪/৫/২০০৭

# ঐগীনি খন্না থমজরম্বী

ঐগীনি খন্না থমজরম্বী
থৱায় ওইরম্বী মহাক্তো
লম্লানবা কাদা লৈখ্রবসু
নুংশিবদি থম্মোয়দা লৈহৌরনি।।

মসিরনে নুংশিবা হায়বদো
লায়না হেক্তা কাউঙমদে
নুংশি ময়াইসে কনখ্রেদা
থম্মোয় শেংনা নুংশিরুবসে।।

কাউরগে খল্লুবা মীৎকূপ্তা
হেন্নদুম ময়েক লারক্লে
হৌখ্রবা ৱারী কয়াদো
থম্মোয়দা নৌহৌনা নীংশিংহল্লে ।।

তাং ৪/৫/২০০৭

## ব্রাখিদবদি নত্তে ঐসে

ব্রাখিদবদি নত্তে ঐসে
নঙগা কায়নখিবা মীৎকূপ্তুদা
পূম্নমক্তা লোৎশিনখি মায়থোঙনদি
মীনোক মৈশা কিজবনা।।

ইচেল অমগী তোবর্বান অনীগুম
উনা উনা তাম্নখি
নঙগা ঐগা মপোকসিগী
নুংশি ইচেলগী ব্রাংমদা ।।

লোম্হোক্তবা ঐগী থম্মোয়সিদি
কনা খঙহন্দা কপচখি
লেপ্পা লৈতনা নহাক্কীদমক
চৈনা কয়া খাঙলদুনা।।

তাং ৪/৫/২০০৭

# ঙাওরে ঐসে ঙাওরেনে

ঙাওরে ঐসে ঙাওরেনে
মাগী নুংশি নিশানা
মমলসু তিংদনা থক্লুরে
নুংশিবা হূনি কাউদুনা ।।

লাপথোক্কে কাউথোক্কে ঙমদরে
মাবু ঐগী থম্মোয়না
ব্লাখলসে চূখরে মঙোন্দা
য়েক্কুনা থমখরে শক্তমসে
থম্মোয়গী থূপ্লবা কাচিন্দা।।

মাবু উদ্রবা মীৎকৃপ্তুনা
হেন্নদ্নম ঙাওরেনে ব্লাখলসে
নিশা মখল খূদিংদগী
নুংশিবৈ নিশানা মহেল্লে
নুংশি নিশাসে ঙাওইকো।।

তাং ৪/৫/২০০৭

# হে ইমা লক্ষ্মী ইমাও

হে ইমা লক্ষ্মী ইমাও
লেঙশিনবিরো নীংথিরবা ফম্বালথকসিদা
কৎচরিনে নফমদা মৈরা থাউমৈ
লৌবিয়ুনে লৎনদ খুরুমজরি নখুয়াদা।।

লৈজদে ঐগী কৎনবা করিসু
মীৎলু পিরাং নত্তনা নফমদা
লৎনবা তৌবিনু তোল্লবীবু নঙনা
পেনবিয়ু চানবিয়ু পীনহৈবী ইমাও
ওম জয় লক্ষ্মী ইমাও।।

হায়নৈদো নঙদি লনগী মবেম্মনি
মীয়াম্না লাৎনরি য়ূমথোঙ খূদিংদা
লৈবিয়ু নঙনসু ননাইগী শঙ্গায়দা
পীবিয়ু য়াইফবা, নুংঙাই-মরাংকায়বা
ওম জয় লক্ষ্মী ইমাও।।

তাং ১৪/৪/২০০৮

# সনা ফূদোংবা মচুনা

সনা ফূদোংবা মচুনা
পূক্লিং হূনা ফজবা
কোলোই মিংদি সনামহি
লাইনিংথৌ ইবুংঙো অথোইবা
চঙজরি ননাইনা নফমদা॥

থব্রায় পানববু শেম্বীঙম্বা
অদুঙৈ তাইবং শেম্লকপদা
মালেম থুংনা কোয়খিবা
নতিক নগুণ চাউবনি
থাবা লোইরোইদো তাইবংনা॥

মপোক-মপোক খূদিংদা
ননাইগী ননাই ওইহনবিয়ু
লাল্লবদা ঙাইপিয়ু, য়োল্লবদা কনবিয়ু
য়ৈখায়-থিনগায় লৈহনবিনু
চঙজরি নখোঙ খূয়াদা॥

তাং ১৫/৪/২০০৮

# শজিবু চৈরাউবা নুমিৎসিদা

শজিবু চৈরাউবা নুমিৎসিদা
অনৌবা চহীনা লাকপসিদা
তমজরি নফমদা অথেনপোৎ
লৎনদনা লৌবিয়ু লাইনিংথৌ ।।

কৎচরিবা পোৎলমসিনা পেনবিয়ুনে
লৈজদে ননাইগী অহেনবা করিসু
লৈরাং লৈশকসু খঙজদে
খোয়খা-লিনখা থাবিনু
অরান-অহুই ঙাকপিয়ু।।

পীনবিয়ু চহীসে চাওখৎপা য়াইফবা
নুংঙাইনা পাঞ্জগে কুবিয়ুনে নহাক্লা
অৱাৎ-অপা লৈহনবিনু
য়েক্লা-তিংখং লৈহনবিনু
তিনমু-লাইমুদগী কনবিয়ু।।

তাং ১৫/৫/২০০৮

# লেঙলক্লেনে মহৈগী লাইরেম্বীসে

লেঙলক্লেনে মহৈগী লাইরেম্বীসে
ফাইরেনগী মঙানি পানবসিদা
মচা মনাইবু নুংশিবিদুনা
লাইগী লমদমদগী কূম্লক্লে
মহৈগী লৌশিং পীবিবা॥

লেংলো লৈবাং-লৈখল শুনা
হূক্লসি ইমাগী ঙকশমদা
খঙদবা কয়াসু তমহৌসি
নিহৌসি লৌশিংসু মফমদৈ
তাঙনা লাকপা তাঞ্জাসিদা
মখোঙ থম্বালদা চঙজদুনা ॥

মীথোই-মীহেন ওইননবা
অঙাং মতম ওইরিঙৈ
শেংদোক্লো পূক্লিং হকচাংদো
নিহৌরসি ইমাগী মফমদৈ
নঙগী লৌশিংগী মঙালদো
পুন্সিগী মৈরা ওইননবা॥

তাং ১৬/৪/২০০৮

## শাৎলবরনে কুশুমৈ নঙবু

শাৎলবরনে কুশুমৈ নঙবু
নতারোই কোম্বীরৈগা লোয়ননা
শারবা নুংশাবু মাইয়োক্না
শজিবু থানা লাকপসিদা॥

শাৎপরা নঙনা কনাগীদমক
অনৌবা চহীনা লাকপসিদা
কনাগী থম্মোয়বু ঙাওহনগেরা
কায়না ইপাক্তা লংথগেরা
হায়যুনে লৈরাং নপাউদো॥

থনম্মু নপাউ নুংঙাইবা
লাক্লিবা কুমজা অসিদা
পুখো নঙনা চৎখিবদা
ৱাববা মালেমগী মপাউসে
লীরুচো নঙনা লাইরৈবাক্তা॥

তাং ২২/৪/২০০৮

# কোম্বীরৈ কুশুম্লৈ শাৎলেনে

কোম্বীরৈ কুশুম্লৈ শাৎলেনে
পুরক্লে মপাউ অনৌবা চহীগী
শারবা নুংশা মায়োক্লদুনা
শজিবু চৈরাউবা নংননবা।।

হৈনৌ মপালগী মরক্তা
উনারক্তা উচেকশিংনা তোংদুনা
হরাও-মীনোক তম্মিন্না
বসন্তে ঈশৈ শক্লক্লে।।

অঙাং-অহল, শাবী-শানৌ
খায়দে বসন্ত মঙোন্দদি
হরাও-মীনোক তমহল্লি
ঋতু পুম্নগী অথোইবনি।।

তাং ২১/৪/২০০৮

# হংলরোই ব্রাহং কয়াসে

হংলরোই ব্রাহং কয়াসে
লান্না লৌখ্রবী নঙোন্দা
থম্মোয়দা অসুম লৈরসনু
পূক্লিংগী পেন্দ্রবা ব্রাহংসে।।

নুংঙাইনা লৈয়ুকো নহাক্তি
লল্লানবা কাদা ওইনদুনা
নীংশিংলনু ঐবু অমুক হন্না
কাউরগে নঙবুসু মপোকসিগী।।

চল্লম্বা মীৎয়েংগী পাউখোংদো
কাউবা তল্লগে ঙসিদি
মতিক চাদ্রবা পুন্সিসিনা
কনাদসু মরাল শীররোই।।

তাং ২৩/৪/২০০৮

# উনদ্রে হায়দুনা কায়নরে হায়গেরা

উনদ্রে হায়দুনা কায়নরে হায়গেরা
লাপ্লরে হায়দুনা নুংশিনদ্রে হায়সিরা
লাৎচরি নঙবুদি থম্মোয়দা ঐনা
নুংশিগী অহানবা শৈহৌনি হায়দুনা।।

নঙ-ঐগী হৌখ্রবা থৌদোকশিংদো
নীংশিংহল্লি তত্তনা ৱাখলসিদা
অহিং কয়াসু তূমদনা মঙলান্দা
নঙতগী ৱাখলদা চৈনা খাঙজখি।।

মোমোন্তা নোকপী মায়থোঙগা লোয়ননা
তারখো ৱারী ইনাক্তা ফমদুনা
লীরগে ঙসিদি অখাকপা লৈতনা
ৱারবা থম্মোয়গী পাউদম কয়াসে।।

তাং ২৩/৪/২০০৮

## থম্মোয় পান্দে হায়বিনু

থম্মোয় পান্দে হায়বিনু
নুংশি খঙদে শোনবিনু
মীৎচি তেনবু কাপ্লিদো
থম্মোয় পীবা ঙর্মখিরোই॥

পন্থৌগী ঝারক মখাদা
লেঞ্জরিবী নুজা ওইবীনি
লৈরাং লৈকা শুদ্রিবী
লৈনম লৈহিসু চেন্দ্রিবী
পোমজরিবী লৈরাংনি ঐদি।

অতৈ কনাগুম্বী
শাৎলিবনি লৈকোল কয়াদা
লৈহি চেল্লবা লৈরাং কয়া
ঙমখিরোই ঐবুদি হৌবিনু
মালং শন্থমদো কিজৈনে॥

তাং ২৩/৪/২০০৮

# ব্রাহং কয়া হংলিবা করিগী

ব্রাহং কয়া হংলিবা করিগী
নোকফেং তৌরকপা মায়থোঙদুনা
করিগী লোন্না য়েংলকপনো
মরোল লোনবা মীৎস্নাদুসু॥

থাজ মানবী নঙগী মঙলান্দা
কাউরুরে ঐদি ইশানা ইশাবু
লোন্না য়েংলকপা মীৎয়েংদুগী
অর্থ করিনো খঙনবা থিরুরে॥

নহাকসু অসুম তৌবরনে
ঐঙোন্দা ফাওরিবা অসিগুম্না
পৃক্লিং ব্রাখলসে লৈতাদবা
হায়বদুরা মসিবু নুংশিবা হৌরকপা॥

তাং ২৮/৪/২০০৮

# করম্বা নঙগী তমথিবা ব্রাখলনা

করম্বা নঙগী তমথিবা ব্রাখলনা
করিগী অদুক মীরায়বিরকপা ঐবু
করম্বা ইরাল শীরমদুনা মপোকসিদা
নুংশিবৈ লীপুলসে থদৎলগে খল্লিবা ।।

পুন্সিদা অমুক্তসু থেংনখিদ্রি চৈনাসে
ঙসি নঙনা পীরম্বা মৈচাকসে
তম্লম্বনি খল্লগে নোংদম্বগী নোংদমখোল
খূদোলনি খল্লগে নঙবু নুংশিরুবগী ।।

খঙহৌদা হুম্লকপা নোংলৈ অমনা
হুমদুনা পুখ্রবদা শাগৎখিবা আশাশিং
কনাদা অমুক তাইনরুনি ঐনা
লৈহৌরগে ঐদি কায়না হিদেনসিদা ।।

তাং ২৯/৪/২০০৮

# হূখরে ঐগী থম্মোয়সে

পাঃ হূখরে ঐগী থম্মোয়সে
নুংশিবী নওং নতৌদা
নুংশিবসে অসুম তৌবরা
হো চান্নবী নঙবু হায়য়ুনে ।।
পীঃ নুংশিবা নঙনা ব্রাহল্লি
অহিং নুংথিল অনীদা
হংজৈ ইদোম ইথন্তা
নঙসে ঐগী কনানো
চৎলে চৎনা, চারে মীত্তা উই
নঙতবু খল্লে ঐনসু ।।
পাঃ শুমহৎপী নঙগী মায়থোঙদো
করিগী ইকায়রি ঐঙোন্দা
চোইর শম্লাং হাইগৎলো
য়েংজগে পেন্না ইমীৎসে
লাউনে ইনাক্তা, চীক্লা ফমদুনা
নুংশি ব্রারী শাখিসি ।।
পীঃ নুজা ওইবী মপোক্লি
ফোঙদোকপা ঙমদে ইচীলনা
থম্মোয়দা লৈরিবা নুংশিবা
চান্নবা নঙগী নফমদা ।।
পাঃ চিংনদা তল্লোনে নপাউদো
লেপ্লবনি ঐদি নহাক্কী
নুজা করি ব্রাবনো
তানিংলে নুংশিবী য়াব্রাদো ।।
পূন্নাঃ পুন্সিনা লৈরিঙৈ নঙগা ঐগা
চৎমিন্নসি হরাও য়াকা তম
পুন্সি খোঙলোয় ওইদুনা ।।

তাং ২৯/৪/২০০৮

# থম্মোয় শুমখিবা নহাক্লি

থম্মোয় শুমখিবা নহাক্লি
ঐবু ঙাওহনবসু নহাক্লি
নুমিৎ খূদিং ইমাঙদা
নহাক্লা তোয়না লাক্কুনা।।

আশা উদ্রবা পুন্সিদা
নঙনা মীৎকপ থোকহনখি
তাউরুই নুংশি মঙলান্দা
ঐগীনি হায়না খন্দুনা।।

চৎখিনু নঙনা থাদোক্কুনা
ইদোম লৈহৌবা ঙমজরোই
নুংশি পম্বুং য়ৌদ্রিফাও
নঙনা ঐবু পুবিয়ু।।

তাং ৩০/৪/২০০৮

# তিংখং করম্বা তিংখং

তিংখং করম্বা তিংখং
চৈনা করম্বা চৈনা
পীগে হায়না খনবরা?
হৈনিংদা নতৌ উৎপদি॥

শেংলমখো য়াব্রা চৎখিনু
ঐহাক্না করি লানখিবা
মদুরা নহাক্কী নুংশিবা
মদুরা নহাক্কী অপাম্বা
থম্মোয়দা চৈনা পীরম্বদো॥

কাউথোকপা তম্বিখো ঐবু
নঙগী কল্লবা ব্রাহৈশিংনা
ইরাল কয়াসু শীবিখো
লায়না কাউবা ঙম্লনবা
নুংশি খঙদবীনি পাউথোক্লমখো॥

তাং ৩০/৪/২০০৮

# অহানবা উনবদা নঙনা ঐঙোন্দা

অহানবা উনবদা নঙনা ঐঙোন্দা
নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌরকপদো
নুংশিরিবোই নীংলুরে ঐদি
অদুগা নঙদি তৌশিন্নবা ওইরম্লে॥

মতম খরদি ঐসু ঙাওখি
নঙগী ব্রাখলদা, নঙগী মীনোক্তুদা
অহিং নুংথিলকসে, পূমঙাও ঙাওরুরে
লৌনম্মি খঙদা পঙথরুরে নতৌদা
ঐবু লক্লবনি খঙদবা মখৈ॥

নুংশি নতাৎ হৈদকো শকহেনবী
মাঙদা নুংশিবা শারম্লগা নঙনা
থম্মোয়দো নূংগুম কনবদি করিগী
করম্বা থম্মোয়নো মদুবু নুজাগী
নুংশিবা লাইমা খঙমন্দেকো নঙসে॥

তাং ৩০/৪/২০০৮

# কায়নবগী চৈনা মরকসিদা

কায়নবগী চৈনা মরকসিদা
মীৎলু পিরাংগা লোয়ননা
ঙসি ঐনা লেল্লিবসে
নঙবু নুংশিরুবৈনি খল্লগে।।

হৌখ্রবা ৱারীশিং ইবান্নিগী
চামখ্রসনু ঙসিদি পিরাংসিনা
নীংশিংবা থোক্তনবা মপোকসিগী
অকাউবৈ লৈরোন্নুংদা চনখিনবা।।

লোম্থোক্ত্রু থাজসে উরুরগা
থোইনদুম মৈচাক হাপ্লেনে
খুমজিল্লো থাজসে লৈচিলও
পুখরো মীৎয়েংগী ৱাংমদা।।

তাং ৩০/৪/২০০৮

# শিল্পী ঐখোয়গী নুমিৎনি

শিল্পী ঐখোয়গী নুমিৎনি
থাংদখো পোৎলুমদো অমুক্তা
কুমজাসিগী মনুংদা ঙসিসে
তাঙনা ফংবা নুমিৎনি
মে.. দে, মে... দে...॥

উৎলমসি মীওইপোক্তা ঐখোয়না
শূবা নোম্বগী অধিকার
কনানসু মীরায়বা য়ারোইনে
ঐখোয়গী শক্তম, ঐখোয়গী থৌনা।

মতমসিগা চানবা খূৎশুমল
পীবিয়ু ঐখোয়দা মতিকচানা
তাথি তাওইনা তৌবিগনু
ঐখোয়সু মীওইবা মপোক্নি ॥

তাং ১/৫/২০০৮

# লাক্লে লাক্লে মে দে

লাক্লে লাক্লে মে দে
শিল্পী ঐখোয়না ঙাইজরকপা
নুমিৎনি অমত্তা ঙায়রবা
মরূপ্লি ঐখোয়গীদি মহাকসে।।

লাক্লোনে ঐখোয় পূল্লসি
শাগৎসি পাঙ্গল থৌনাদো
লাউরসি খোল্লাউ অমত্তা ওইনা
ঐখোয়সু হিংনিংই মীমান্ননা
ঐখোয়গী চাকথুং পীবিয়ু।।

শূজগে থবক পীবিয়ুনে
চোকথবা লৈতনা ঐখোয়না
খূৎশুমন হুমাংমলদি মৎপিগনু
হিংলিবনি ঐখোয়সু মীওইপোক্তা
খঙবিয়ু নখোয়না মসিমতংদি।।

তাং ১/৫/২০০৮

## লম্লানবী নঙবু উরুবা মীৎকৃপ্তগী

লম্লানবী নঙবু উরুবা মীৎকৃপ্তগী
ঐগী ব্রাখল ঐগী পূক্লিং
মতম খূদিংদা ননাক্তা লৈখরে
পুন্দুনতা অসুম হেন্দোকপা ঙমদনা।।

খঙলমদে পুন্সিদা নুংশিবা করিনো
ঙসিদি ফাওরক্লে নঙবু উরুবদৈ
করিনো মসিবু হায়য়ুনে চান্নবী
অসুম তৌবরা নুংশিবা হায়বদো।।

লম্ফাংননা চৎলুরবা পূক্লিং ব্রাখলসে
নঙনা ঐবু মীৎকপ থোকহনবিরে
লাইরেন্বীরা নঙসে মায়া পুবিরা
নুংশিরুরে নঙবু পামজরুরে ঐনা।।

তাং ১/৫/২০০৮

## ইদোম লেনবা তল্লগে

ইদোম লেনবা তল্লগে
হৌখ্র ৱারীসু কাউরগে
মীমান্নদ্রবী ঐগী পুন্সিনা
কনাদসু মরাল পীররোই॥

নোংদম্বনা থীনা তমখ্রবা
নুংশি ময়োলসু কংখ্রবা
ৱানা খাঙলিবী নুজানি
চৈনা কয়ানা থল্লবা॥

নীংশিংলরোই অমুক হন্না
চনখ্রসনু অকাউ পরৈনুংদা
হন্দক মপোক অসিমদি
ইদোম তরক লেনখ্রসনু॥

তাং ১/৫/২০০৮

# ইঙহল্লো ঐগী থম্মোয়বু চান্নবী

ইঙহল্লো ঐগী থম্মোয়বু চান্নবী
নুংশি চাংয়েং তৌরিবরা হৌজিকসু
ঐগী থম্মোয়সে ইখৌ লাংলক্লে
নুংশি চাংয়েং তৌরনু কৈদৌবগে ।।

নঙবু নুংশিদ্রবা ঐগী থম্মোয়না
ননাক্তা তোয়না লাকখিদরা হায়যু
নুংশি মমল কাহন্দুনা লৈখিগেরা
কয়াম কুইনা ঙাইখিনি অৱাবসে ।।

খনখরে নঙতবু ঐগী থম্মোয়সিনা
লেপ্পগে হায়না নঙগীদমক পুন্সিসে
য়েংলরোই ইমীৎসে লম্লানবী কনাদসু
থম্মোয়গী অপাম্বসে খঙবিয়ু নঙনা ।।

তাং ২/৫/২০০৮

# নঙগী নুংশিবগী মমি

নঙগী নুংশিবগী মমি
তাখরে ঐগী ৱাখলদা
চিংনা ৱাখল থাদোক্লো
নুংশি লৈপুল শেম্লসি॥

চন্নবী নুজাবু উরুবদা
ৱাখলসে পোত্থাফম খঙদরে
নুংশিবী নঙগী ৱাহৈদা
শুমখরে তূমদা মঙলান্দা॥

মীশুম হৈবী মীৎয়েংদুনি
থোইনা হেন্না ৱাহল্লিবা
পাখঙ ওইবা ঐহাকপু
তূম্বা চাবা কাউহল্লিবা॥

তাং ২/৫/২০০৮

# কালেন নুংশাগী মৈশাদা

কালেন নুংশাগী মৈশাদা
ৱানা খাঙলুবী মালেম্মা
কুমগী নোংহৌ লাকপদা
হৱাও মীনোক তম্বগুম
নুংশি মপাউ লাকপদা
থম্মোয় ঐগী নুংওল্লে।।

অখাঙ কনবী লৈবাক্লৈনা
কুমগী নোংজু ঙাইবগুম
কনা খঙদা ঙাইরকপনি
নুংশি মাগী মপাউতবু
চহী কুমজা কয়াসে।।

তারে মপাউ নুংশিবা
মতম কয়া ঙাইরকপা
কয়াদা কনখ্রবা মরীনো
মশক উদ্রে লৈঙমদে
মপাউ তারে খোয়রাংই।।

তাং ২/৫/২০০৮

## ঐগী লৈকায় কোয়গনবা

ঐগী লৈকায় কোয়গনবা
থৌরবা মীৎচি অনীনা
চোইরা শন্নাংগী মরক্তা
নঙগী মায়থোঙদো উরুরে।।

তঙাংলা চীনবাল, কোয়রাওনবী মীন্নাদো
উরুরে য়েংলুরে মীৎসিনা
মীৎফম হোংবা ঙমদরে
করম্বা লাইনা শাবনো নঙসে
ঙাওরোইদবা কনা লৈবগে।।

ঙাওরেনে ঐসে, নঙোন্দা ঙাওরে
খঙবিয়ু নঙগী থম্মোয়না
নঙগা ঐগা চান্নসি
পুন্সি খোঙলোয় ওইমিন্নসি
য়াবিয়ু মসিমতং থম্মোয়দুনা।।

তাং ৩/৫/২০০৮

## মিহুনসে দং-দং চোংইহে

মিহুনসে দং-দং চোংইহে
নুংশিবা উননি খল্লুবদা
ফাথবা ঙমদরে পূক্লিংসে
মাগা থেংননি খল্লুবদা।।

করি ব্রাহংনো হংগদবা
মাগা থেংনবা মতমদুদা
করম্বা পাউখুম্নো খুমগদবা
মানা হংলকপা ব্রাহংদা
খল্লুবদা ব্রারে ব্রাখলসে
থম্মোয় অসে লাঙতক্লরে।।

নোংমসু মানা লাক্লম্বদো
ব্রাহে অমত্তা হায়হৌদে
ব্রাখলসে অমত্তা থোকখিদে
পঙথৈ মাগী মমাঙদা
করিনো মসিবু হৌনবরা
মাসু অসুম তৌরমদরা।।

তাং ৩/৫/২০০৮

# ঐনা নঙবু নুশিরুরে

ঐনা নঙবু নুংশিরুরে
নঙসু ঐবু নুংশিরো
লৈতাদ্রবা ৱাখলসে ইঙহল্লো
নুংশি হায়বা ৱাহৈনা।।

কল্লবা শাফুনি ইচেলসে
থিংবা ঙম্লোই কনানা
ওইনা চাউবী নতৌনা
মৈচাক্কো অমুক হাপ্পনু।।

ইকায়থিবী নহৌশা ওইবনা
নুংশি হায়বা ঙমদ্রবরা
ঐসু খঙই নতৌদুদি
নুংশিদবদি নত্তে ঐহাকপু।।

তাং ৪/৫/২০০৮

# করিগী মঙলান্দা লাক্লম্বা

করিগী মঙলান্দা লাক্লম্বা
পেন্দবা নপাউ পুদুনা
অশেংবা য়াৱাদো তানিংলে
ঙসি থাপ্লবা মীরমসিদা ॥

মোমোন্তা নোকপী মায়থোঙদো
উদবা কুইরেনে ঐহাক্লা
নীংশিংলক্লে নুংশি মায়থোঙদো
অদুঙৈ উখিবা শক্তমদো ॥

নোংমতং লাক্তুনা ননাক্তা
চেঙলৌ শক্তমদো য়েংনিংই
ৱাখলদা খনবদং মঙায়রে
ননাক্তা লাকপদি ঙমদরে ॥

তাং ৪/৫/২০০৮

# চান্নবী হো ঐগী চান্নবী

চান্নবী হো ঐগী চান্নবী
নঙগী ৱাখলদা ঙাওরেনে ঐদি
নুংশি ইখৌ লাংবসে কোকহল্লো
নুংশি ইরীক্তো থীকপিরোনে॥

নঙবু উরুবা মীৎকূপ্তা ঐসে
লৈতাফম খঙহনখিদে নঙগী শক্তম্না
ৱানা খাঙখি অহিং নুংথিলদা
নঙতবু ঐগী ওইজনিংবগী ৱাখলদা॥

ইঙাও-ঙাওনা লৈজরম্বা ঐসে
নঙগী ৱাখলদা ঙাওরে ঙসিদি
পুবিরে ঐবু নুংশিবগী ইপাক্তুদা
চোকথবা লৈতনা নঙগী ৱাখলদা॥

তাং ৫/৫/২০০৮

# ঐগী থম্মোয়দা লৈরিবা

ঐগী থম্মোয়দা লৈরিবা
নঙবু নুংশিবগী ইহুলসে
করম্না নফমদা ফোঙলসিগে
কাঙথোকপা ঙমদ্রবা ইচীলনা।।

ফোংঙমদ্রবা থম্মোয়গী পাউদমসে
লীররোই নফমদা পুক্সিগী
চাক্ল-চাক্লা খাঙহৌরগে
নুংশি খঙদবা শাদুনা।।

নীংঙমদ্রবা ঐগী মপোক্লি
মতিক চাদ্রবা পুক্সিনি
চৎলোকো নঙদি চান্নবী
নশাবী কাদা হরাওনা।।

তাং ৫/৫/২০০৮

# নঙগী নরালসু নত্তে

নঙগী নরালসু নত্তে
ঐগী ইরালসু লৈখিদে
অদুবু ইবান্নিগী মরক্তা
ব্রাংনা খারম্লে পল অমনা।।

ঐখোয়নি করিসু খল্লুদনা
নকশিন্নরুই মতম অমদদি
শাগৈগী পলবু কিদনা
চিংনবা করিসু য়াওদনা
নুংশিগী কল্লবা ইথক্কী নোংলৈদা।।

অঙকপনি নুংশিবা নহাকসে
কাউবদি ঙমদ্রি ঙসিসু (হৌজিকসু)
কায়নখ্রবসু নঙগা ঐগা
থম্মোয়দদি লেঙদনা লৈহৌরি
নঙবু নুংশিবগী মমিসে।।

তাং ৫/৫/২০০৮

## পম্লুংফম নৈত্র খোঙচৎনি

পম্লুংফম নৈত্র খোঙচৎনি
ঐনা ঙসি থাংলিবসে
নৈতাফম খঙদ্রা ৱাখলনি
ঙসি ঐনা লেল্লিবসে ॥

চৎখরে নঙদি য়াম্না লাপ্না
নুংশি ঈচেলগী ৱাংমদা
নুংশিবসে লম্মুক্লরে লমখাঙদা
করম্না খাঙহৌনি পুন্সিসে ॥

শাগৎখিবা আশা কয়াসু
কায়হনবিরে মফম খঙদনা
খলহৌবোরা নুংশিবগী খৃদোলনি
পেন্থোকপা তমদুনা লেল্লোবা ॥

তাং ৫/৫/২০০৮

# অহানবা উনবা নুমিত্তা

অহানবা উনবা নুমিত্তা
মীৎচিনা পাউখোং চন্নখিবদো
নুংশিগী অহানবা শৈহৌনি
কাউবা য়ারোই কৈদৌনুং॥

মীৎকা-মীৎকা মীৎচাননা
থম্মোয়-থম্মোয় হাংনদুনা
নঙগা ঐগা নুমিত্তো
কয়াদা নুংঙাইনা লেনখিবা
নুংশি মঙলান্দা তাউখিবা॥

কাউরবরা নঙদি থৌদোকশিংদো
ঐদি হৌজিকসু নীংশিংলি
থম্মোয় লাইয়ুমদা থল্লিনে
হৌখ্রবা থৌদোক কয়াদো
নুংশি শাক্ষী ওইহৌরনি॥

তাং ৫/৫/২০০৮

# হংজনিংবা ৱাহং হংহৌদা

হংজনিংবা ৱাহং হংহৌদা
পীজনিংবা পাউখুমসু পীহৌদা
অর্থ লান্না পুনদুনা
মাগা ঐগা লাপথোক্লখরে।।

মাগী লৌনম থম্মোয়বু
খঙলুদবনা চম্না লৈথোক্লুই
ৱাহৈ অমতসু হায়নখিদে
নোংমতসু মাগা শাউনখিদে
করম্না অসুম্না ওইখ্রিবনো।।

মরম অমদি লৈরমগনি
মানা ঐবু মীরায়বগী
করম্বা পেন্দবা লৈবনা
ঐবু লান্না লৌখ্রবরা
থম্মোয় মলোম থমখ্রবরা।।

তাং ৫/৫/২০০৮

# অহল ওইশিল্লকপসে তল্লিদা

অহল ওইশিল্লকপসে তল্লিদা
খুরা, পাবুং কৌরকপসে পামদেদা
ৱাখলদি ময়েং তাদরি
মীৎসিসু ঙাওবা হন্দরি
চহী ২৫/৩০দো পামখ্রেদা॥

ইশানা ইশাবু খঙজদে
মীনদি ঐবু উরগা
পাবুং কৌবসু ময়াওরে
করম্না শাউরুনি মদুসু
শকফম্না য়াদা তৌরিনি॥

হৌমিন্নরকপা ইমান্নবা কয়াদি
মচাদো মেত্রিক থাখরে
মশুসু ফংবা য়াওখরে
ঐনা মঙলান্দা তাউরিঙৈ
পোক্কা চিরাইগদা ঙাইহৌরে॥

তাং ৫/৫/২০০৮

## তাইয়োন্নরম্লে তাইবংপান

তাইয়োন্নরম্লে তাইবংপান
লৈকংলাগী ঈথক ওইরম্লে
কনাবু ঐনা থাজরুনি
মীমান্নদ্রবা শক্তম্নি ঐদি
কনা লৈরি ঐগীনি হায়বা।।

নোংদম থীনা তম্লবা
কায়না চৈনা ফংলবা
লৈক্রক চৎলবা মালেমগুম
ময়ি চৎলবা থম্মোযনি
মচেৎ তানা কায়রবা।।

চৎখরো পুম্নমক ইনাক্তগী
মৈচাক পীরনু নৌহৌনা
কৎখ্রগে পুন্সিসে, লেমহৌরিবসে
কনা লৈত্রবা মপোক কয়াগী
কাউথোকপা ঙম্নবা চৈনাশিংসে।।

তাং ৬/৫/২০০৮

# ইরাল শীরম্লে নঙনা

ইরাল শীরম্লে নঙনা
চৈনা পীরম্লে থম্মোয়দা
থাজরুবসে অরেম্বা ওইরে
নঙতবু নুংশিরুবা ঐহাকসে।।

পঙলবী থম্মোয় ওইরুবনা
নুংশিবা নঙতবু লাৎচরুই
মফম খজদ্রবা নোংলৈনা
হুমদুনা পুখরে নহাকসু
কনাদা ঐনা তাইনরুনি
ইদোম খাঙজবসে নত্তনা।।

মপোক থীনা তল্লবা
পুন্সিনি ঐদি মীমান্নদ্রবা
হংলরোই নফমদা অমুক হন্না
নুংশিবগী অর্থসে করিনো
লেনবা তল্লগে নোক্কুনা পুন্সিসে
চৎখ্রসু নঙনা ইনাক্তগী।।

তাং ১১/৫/২০০৮

## লেঙশিনবিরো সাই বাবা

লেঙশিনবিরো সাই বাবা
তোল্লবা-তোল্লবীগী শঙ্গায়দা
কৎচরি মৈরা থাউমৈ
লৈরাং খূজোক্কা লোয়ননা
লৎনবা লৈত লৌবিয়ু।।

নুংতি নুমিৎ খূদিংগী
পাঙদবা ননাইগী লৈয়েংনা
ইবুংঙো নঙগী নগুণবু
শকপা শোনবা ঙমজগে
থরায় হকচাংনা লৈরিঙৈ
হকচাংনা মালেমদা তিনদ্রিঙৈ।।

করম্বা ব্রাহৈ হায়রগা
বাবা নংহাক্না পেনবনো
করম্বা লৈরাং লৈশক্লা
ইবুংঙো নঙনা পাম্বনো
খঙজদে তোল্লবা ননাইদি
প্রেমগী ভক্তিসে নত্তনা।।

তাং ১৯/৫/২০০৮

# শন্নাংনা লুহপ্পু ওইদুনা

শন্নাংনা লুহপ্পু ওইদুনা
মোমোন নোকপা শক্তমদা
খূৎ ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা
ভক্তবু থৌজাল পীবিরিবা
নতিক চাউবা "সাই বাবাও"
খুরুমজরি তোল্লবা ননাইনা।।

কলি যুগকী অবতারা
মীওইবগী শক্তমদা শায়োন্দুনা
তাইবং জীববু য়োকপিরিবা
অচুম্বা ধর্ম্মগী তৃংনফম
বরবু পীওম্বা, তোল্লবগী মরূপও
চঙজরি ননাইনা নখুয়াদা।।

ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরসু নহাক্লি
শক্তিগী তৃংনফমসু নহাক্লি
অৱাবা তারবশিংদা তেংবাংবিরিবা
থৌজালগী ইরীক খীকপিঙম্বা
ভক্তশিংবু নুংশিনা য়েংবিবা
নহাক্কী মিংলেনবু তত্তনা শোঞ্জগে।।

তাং ২০/৫/২০০৮

# কালগী মতমগী ইবেম্মা

কালগী মতমগী ইবেম্মা
হাইনা হুম্না চৎলিবী
লৈরাং লৈশক হেনমল্লি
চেকশিঙ্গৌনে শানৌও॥

চেঙলৌ হেনবা থাজসু
মায়দা মাইহিং কাবনি
খোঙফম অমা শোয়বদা
নুজা শকফম হোংজনি
নাপল ময়াই থাদোকউ
অকা অকুম নাইবনি
ঙসি লৈশাৎ তম্লন্না
হয়েংনা লৈমায়দা কেনখিনি॥

অফবা মায়কৈ য়েংদুনা
হৈনা শিংনা চৎলুকো
তিংখং-তুম্বৌনা থল্লবা
তাইবং পুন্সি লম্বীনি
মায়াগী লাংদা তাউরিঙৈ
খঙহৌরোই মতমদি চৎখিনি
খোঙথাং হৈনা থাংলগা
পুন্সি মহৈ য়ানগনি॥

তাং ২১/৫/২০০৮

# খল্লু নখোয় মুন্না খল্লু

খল্লু নখোয় মুন্না খল্লু
নুংশি খোঙলোয় তহানা থিনু
তরেৎ-তরা থোক্লা থিয়ু
শোয়খ্রে হায়না হনবা য়ারোই
অনী অহুম্লক, মরী মঙারক।।

খঙনৈ কায়না মোবাইলদা মাবু
নুংশি হেক্তা হায়রুনু থুনা
চাংয়েং কয়া তৌহৌখো মাবু
লমচৎ শাজৎ থিহৌখো লোন্না
মোন্না শেঙ্গাউ লাকপরা হায়না।।

খলহৌদ্রবা নঙগী ব্রাখলনা
নুংশি থোঙ্গাল থুনা হাংলুরবা
খাংণ্ডু-থক্তা চোইনা কেনজনি
লৈরাং লৈকা মফম খঙদনা
লৌনম চাউবা নুংশিবৈ লাংদুদা।।

তাং ২২/৫/২০০৮

## নুমিৎ খূদিং ৱারী শাননিংঈ

নুমিৎ খূদিং ৱারী শাননিংঈ
নুংশিবা মাগা কনা খঙহন্দা
ঈথক হৌই ৱাখলসিসু তোয়না
খাম্বা য়াদনা (নুংশিবা) মাগী ৱাখলদা।

করিনো মসিবু নুংশিবা হায়দুরা
তানিংলুই মপাউ পূংজা খূদিংদা
পেনবা কৌবসু লৈতেনে থম্মোয়সে
মাগী ৱারীদা চোকথবসু লৈখিদে।।

নুংশিবা হায়বদো অসুম্না ৱাবরা
ৱাখলসে লৈতাফম খঙদনা অসুম
উরে খোয়রাংবা, উদ্রে লাঙতক্লা
অহিংসু নুংথিলসু মতম পূম্বদা।।

তাং ২৮/৭/২০০৮

# থুংনৌ হায়না তম্লমদ্রমাল্লে

থুংনৌ হায়না তম্লমদ্রমাল্লে
নঙ ঐগী মপোকসে হন্দক্কী
শাগৈগী পল্লোন খারম্বনা
চাক্লা-চাক্লা কায়নরে ঙসিদি
নুংশি নুংশিনা থাপ্লরে॥

মথংগী মপোক অমদা
নঙগা ঐগা থুংনসি
য়েংদুনা ঙাইদুনা লৈরমগে
শাগৈগী পলগী ৱাংমদা॥

থম্মোয়নদি কাউদরি নঙবু
য়েক্কুনা থল্লিনে শক্তমদো
নঙনা মীগী ওইখ্রবসু
কাউদরি ঙসিসু ঐহাক্লা॥

তাং ১/৮/২০০৮

## নঙবু নুংশিরুবা ঐহাকসে

নঙবু নুংশিরুবা ঐহাকসে
অপঙবী তাহৌরে ঙসিদি
থম্মোয়দা চৈনা খাঙদুনা
পুন্সিসে কপ্লা লেলহৌরে।।

থম্মোয় শেংনা নুংশিরুবনা নঙবু
খোঙথাং খূদিংদা চুম্না খল্লুবনি
অদুবু নঙদি মৈরী ওইরম্লে
থম্মোয়বু মৈশা লাংহনবা ঙম্বা।।

অদুগুৈ নঙনা শক্লম্বা ব্রাশক্তো
ঙসিনা কৈদা লাপ্লা নাথৈখরে
ঐগী থম্মোয়সিবু মচেৎ তাহল্লগা
নীংবা থুংবা শক্লবরা মদুনা।।

তাং ১৮/৮/২০০৮

# নঙনা ঐগী ইনাক্তা

নঙনা ঐগী ইনাক্তা
য়ূমগী মৌবু ওইদুনা
লৈগদবা নুমিত্তো খৌরাংলে
নুংশি পন্থুং পাম্লেনে।।

ঐনা হল্লকপা খূদিংদা
নঙনা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা
ঐবু হরাওনা ওকপদো
পাম্লে ঐগী থম্মোয়না
নুংশি পন্থুং শেম্লসি।।

নোকফেৎ তৌবী মায়থোঙদো
নুমিৎ খূদিং য়েংজগে
মেঙল য়াব্রা নুংশিবীদো (খোয়থুম্নবী)
নাপ্পা চীক্লা তাজরগে
নঙবু লাক্লো ইনাক্তা।।

তাং ১৮/৮/২০০৮

# থম্মোয় খঙদ্রদি নুংশি হায়রুখিনু

থম্মোয় খঙদ্রদি নুংশি হায়রুখিনু
শকফম উরগা পাম্মী শোল্লুনু
মুন্না থিহৌখো নঙগী খোঙলোয়
পুন্সি চৃপ্পা ইঙনা লৈননবা॥

শাবনি চেকশিল্লগা চেক্কী যূম
শাবনি ফাদোক্লগা ফদি ফরানা
তুরেল লৈঙোইদগীসু কৃপ্পনি যুম্বালদো
হৈনা থাংজহৌ খোঙথাংদো কৃপ্পা
লম্বী নানবনি, খুদি য়াম্বনি॥

চেকশিন্দ্রবা মীৎকৃপ্তা পিরাং ইহৌজনি
হৃগী ময়াইগুম কল্লবা নুংশিবনি
থাজরুখিনু থম্মোয় মশক খঙদ্রিঙৈ
পঙথরুখিনু মাগী নুংশি ব্রাহৈদা॥

তাং ১৮/৮/২০০৮

# নোংমা নঙনা লাক্লম্বা অয়ূক্তো

নোংমা নঙনা লাক্লম্বা অয়ূক্তো
ঐদি থাজরুদে অদুম্না লাক্কনি
করিবু হায়নিংদুনা করিবু খঙনিংদুনা
নঙনা খঙহৌদা লাক্লম্বা ইনাক্তা॥

মরম অমদি লৈরমগনি খঙই
অদুবু ঐনা করিসু হায়ঙমখিদে
নঙগী নতৌদা ৱাখলসে থুমহৎখি
হায়নিংবা কয়াসু লোম্থোক্ত্রবা অমগুম
তূমিন্না অদুম নতৌবু য়েংজখি॥

নুমিত্তো কয়াদা হরাওখিবা ঐনা
খঞ্জরুবা আশা থুংলনি খন্দুনা
হুনখি থম্মোয়দা নুংশিগী য়েন্নীং
নঙগী নুংশিনা য়েংবা মীৎয়েংলক্তা
তাউখি ৱাখলসে নঙগী মঙলান্দা॥

তাং ১৮/৮/২০০৮

# ঐ-নঙ শাগৈ মান্নরমদুনা

ঐ-নঙ শাগৈ মান্নরমদুনা
হন্দক্কী মপোকসিদা কায়নরবসু
মথংগী মপোক অমদদি
নুংশি ৱায়থুংনসিকো চান্নবী॥

লেল্লুরো হরাওনা নশাবী নাক্তা
কাউথোক্লো ঐবু মপোকসিমগী
হৌখ্রবা ৱারীদো নীংশিংলুরনু
থম্মোয়দা লাইমল ওইননবনি
কপ্লনু অমুক থম্মোয়সে কায়রেনে॥

ঙাইরমগে ঐনা মপোক অমদা
নঙনা লাক্কদবা লম্বীগী চিদাইদা
য়েংদুনা লৈরমগে, নঙনসু য়েংলকউ
মীৎকা মীৎকা মীৎচানসি মতমদুদা
থম্মোয় থম্মোয়দা ৱারী শানসি॥

তাং ১৮/৮/২০০৮

# কায়নবদুনা নঙগী পম্বুংলা

কায়নবদুনা নঙগী পম্বুংলা
থুংনসি হায়না ব্রাশক্লন্নগা
করিগী শমায় লৈনা হুনখিবা
থম্মোয়বু মচেৎ থোক্লা কায়হল্লন্নগা।।

নুংশিবা হৌরকপদা নুংশিগী ময়োলসে
মতৎ-মতৎ থদৎলন্নে নঙনা
নুংশি খঙদ্রবা নতৌ উত্তুনা
নৌহৌনা ময়োল চোংবা ঙমদনবা।।

ইরাল অমদি শীরমখো ঐবু
নঙবু লায়না কাউবা ঙম্নবা
অহেনবদা থিবা ঙসিগী তাইবংদা
মপোকসিমা নুংশিবা খঙদনবা।।

তাং ৩০/৮/২০০৮

# নোংমতা খল্লুদে কায়নবা হায়বদো

নোংমতা খল্লুদে কায়নবা হায়বদো
ঙসিদি খঙলক্লে থম্মোয়দা ফাওরক্লে
কনা খঙহন্দা লোন্না থমজবা
মৈরী ওইরল্লে থম্মোয়বু চাক্লবা।।

থাজরুই ঐনা নুংশিবা মাবু
খোয়জংনা তারুই মাগী মপাউ
লৌনম লাংনি হায়বা খঙদ
মাতনা লোইরে হায়না খন্দুনা।।

চিংনবসু লৈখিদে ঐনা মঙোন্দা
নোংমতসু মাবু শাউননবা শীনখিদে
করি মরমদগী মানা শাউখিবা
মরমদুমদি হংনিংলি মানা ব্রারৌখিবগী।।

তাং ৩০/৮/২০০৮

# করিগীনো নুংশিবা মাবু উরগা

করিগীনো নুংশিবা মাবু উরগা
খোঙথাংসে চুম্না থাংবা ঙমদ্রিবা
ঐগী মীৎস্না অনীসিসু করিগী
মঙোন্দা ইকায়রিবা নুংশিবগী হৌনশাবা।।

ব্রাহং কয়াসু হংনখি লোন্না
ইকায়বা মরক্তা থম্মোয় থম্মোয়দদি
পীনখি পাউখুমসু থম্মোয় অনীদা
নঙতবু পামজৈ, নঙতবু নুংশিজৈ।।

অহিং কয়াসু নীংশিংদুনা মাবু
ব্রাখল ইথক হৌদুনা ব্রাজখি
নুংশি মানা মীৎমাঙদা লাক্কুনা
ব্রাখল মঙলান্দা তাউদুনা লৈহনখি।।

তাং ৩০/৮/২০০৮

# অঙাওবীনি হায়গেরা ঐবু নঙনা

অঙাওবীনি হায়গেরা ঐবু নঙনা
ইকায়বা খঙদবীনিসু হায়গেরা
হায়নিংবা কয়াসু হায়জৌ ঐবু
নঙগী ৱাখলদা ঙাওরবীনি ঐদি।।

নুংশিবা নঙগী ৱাহৈ কয়ানা
চাংজৌ পানা শীনখরে থম্মোয়সে
ইকায়বা হায়বদো খঙদরে ঙসিদি
নঙতবু ঐনা পামজরুবৈ ৱাখলদা।।

নূপা ওইবা নঙগী করম্বা লীচৎনো
তরাই তরাইনা খনবদি নুংশিববু
ৱারেনে ঐদি মৈচাকসে খাঙবদা
ফোঙদোকপা ঙমদনা নঙগী নফমদা।।

তাং ৬/৯/২০০৮

# কাউবা ঙল্লোই ঐনা নঙবু

কাউবা ঙল্লোই ঐনা নঙবু
কায়নখ্রবসু ঐখোয় অনী
থম্মোয়গী থূপ্লবা কাচিন্দা
য়েক্কুনা থমখরে নঙগী শক্তমসে॥

পুক্সিগী অহানবা শঙখিবা মচুনি
মূৎথৎপা ঙল্লোই অতৈ মচুনা
চেৎনা শঙখিবা থম্মোয়গী মচুনি
ঙাওরে ঐদি নঙগী ব্রাখলদা
মীৎকূপ খূদিং চোকথবা লৈতনা॥

নুংশিখিবনি নঙবু ঐগী থম্মোয়না
ইচীলসিনসু লাপ্পরসি হায়খিবসু লৈখিদে
কায়ননি খঙদ নুংশিরুবা নঙবু
ইরালনি খন্দুনা লেনবা তল্লগে
পিরাং মাগা মরূপ ওইদুনা॥

তাং ৬/৯/২০০৮

# কিজৈ ঐদি কায়নবা

কিজৈ ঐদি কায়নবা
ঙল্লোই নঙবু থাদোকপা
পুন্সি অসে কৎখ্রবনি
নুংশিবা নঙগী নফমদা।।

পুন্সি বসন্ত অয়ূক্তা
নঙবু থেংনখিবা মীৎকূপ্তা
থম্মোয়সে খাম্বা য়াদনা
নুংশিবা নঙবু খোয়দারুরে
থাদোকপিনু ঐবু মপোকসিগী
ঙল্লোই নঙবু কায়নবা।।

শাগৎচখি আশা কয়া
নুংশিবা নঙগী মঙলান্দা
অরেম্বদা তাহনবিনু নীংজরিবগে
চন্নফম খঙদ খাঙুথক্তা
মীনোক মৈশা খাঙদুনা
কপ্না লেনবা ঙমজরোই।।

তাং ১৮/৯/২০০৮

# নঙগা অরোইবা থেংনবা নুমিত্তুনি

নঙগা অরোইবা থেংনবা নুমিত্তুনি
থম্মোয়দা তাশোন্না যূরল্লিবা
নঙগী কল্লবা ৱাহৈ অমনা
কোক্লরোইদ চৈনা থম্মোয়দা পীদুনা।।

করি অহেনবা পামদুনা নঙনা
ইরাল কয়া শীরমম্বা ঐহাকপু
মদুনা অপেনবা হায়দুরা নহাক্কী
নঙনা অসুম্না থম্মোয় কল্লম্নি
নোংমতা খল্লুদে ঐগী ৱাখলনা।।

করিগুম্বা নঙগী মীৎয়েং অদুনা
চুম্না য়েংবা ঙম্লল্লবা থম্মোয়সিবু
খঙলমগনি মতমদুদা নঙবু কয়াম নুংশিবা
হৌজিকসু নুংশিরি ঐনদি নঙবু
কাউবা লৈতনা থম্মোয়দা লাত্তুনা।।

তাং ১৮/৯/২০০৮

## তোয়ন-তোয়না লক্করক্কনু

তোয়ন-তোয়না লক্করক্কনু
ফাগী ফাগীদগী হৈরক্কনিকো
নুংশিবা হায়বদো ঐনা
চম্মা অসুম লৈজখিগে॥

কিজৈ খল্লুবদা নুংশিনবসে
ৱায় হায়নৈ মীয়াম্মা
ঐদি খাণ্ডবসু ঙমজরোই
নুংশি চৈনা অকনবদো॥

নুংশিনবা খূদিংমক থুংনখিবা নত্তে
কায়নখিবসু য়াওই তাজৈনে
করিগুম্বা ঐঙোন্দসু থোক্লবা (কায়নবা)
চৈনাদো কিজৈনে খাংঙমজরোই॥

তাং ১৮/৯/২০০৮

# ইমা হায়না কৌজগে

ইমা হায়না কৌজগে
পোক্লফম লমদম নুংশিবী
মণিগুম ঙাল্লিবী মণিপুর।।

মীয়োক-মীচান ফবীনি
মীথোই-মীহেন পোকপীনি
লৈরোই অতৈ মফমদা
কোয়না থুংনা চৎলসু
ফংলোই নঙগুম্বী ইমাদি।।

নচা ঐখোয়বু নাউয়োকপদা
নোংমতা ৱারে হায়দ্রবিনি
তৃম্বা চাবা খঙদনা
নচা চাউবা ঙাইবদা
মরু কেম্লবী ইমানি নঙদি।।

তাং ২০/৯/২০০৮

# পামজৈ ঐনা হিংজবা

পামজৈ ঐনা হিংজবা
শান্তি ওইনা পুন্সিসে
মীনম শোরি য়াওদনা
অরান-অহুই তৌদনা ॥

অচুম্বা কর্ম্ম তৌদুনা
ফংজগে শান্তি পুন্সিদা
মীগী ঐগী খায়দনা
অঙম্বা মতেং পাংজগে
শান্তিগী লম্বীদো ফংজগে ॥

লাক্লো মীপুম খুদিংমক
শান্তি পাউজেল য়েল্লসি
পৃক্লিং হকচাং শেংদোক্লো
নঙগী হায়বদো থাদোক্লো
পৃক্লিং শান্তি ফংননবা ॥

তাং ২০/৯/২০০৮

# নঙনা পীরম্বা কায়না ব্রাহৈনা

নঙনা পীরম্বা কায়না ব্রাহৈনা
ঐগী ঈশৈগী ময়েক ওইদুনা
নঙনা পীরম্বা নুংশি চৈনানা
ঐগী ঈশৈগী সুর ওইদুনা
শক্লগে ঈশৈ থম্মোয় পেন্না।।

মতম অমদি চিংনবা লৈতনা
নঙতবু খঞ্জরুই ঐগী ব্রাখলনা
অদুবু ঙসিদি পূন্নমক তায়োন্নরে
মরৌ লৈবী ওইরম্লে,
লৌনম্বী নঙগী থম্মোয়দি।।

মায়থোঙ য়াম্বী নঙগী শক্লোন্নি
নুংশিববু লায়না হেক্তা মীরায়বা(পুন্সিবু)
করম্বা নঙগী অহেনবা ব্রাখলনা
চম্লা ঐবু থাদোক্লুনা
পূকচেল লেপত্রবী ওইখিবা।।

তাং ৫/১১/২০০৮

## ব্রাহং হংবী নঙগী মীৎয়েং

ব্রাহং হংবী নঙগী মীৎয়েং
করি পাউখোং চন্নিংবা
নোকফেৎ তৌবী নঙগী চীনবাল
করি ব্রাবু হায়নিংবা॥

পুন্সি বসন্ত অয়ূকসিদা
কনানো নঙবু শকহেনবী
শন্নাং চোইরা মরক্তগী
লোন্না লোন্না য়েংলকপদি
পাখঙ থম্মোয় ঙাওহনগেরা
নুংশি ঈপাক্তা তাউহনগেরা॥

যৌবন মতম্নি ইনখৎলকপা
য়েংলুবা খূদিং ফজবা
তাঙলবা মতম্নি পুন্সিগী
থেংনরুবা খূদিং নুংশিবা
নঙবু উরুবা মীৎকূপসে
ঈথক হৌরে ব্রাখলসে॥

তাং ৫/১১/২০০৮

# পোইনু থাসু লোইখরে

পোইনু থাসু লোইখরে
ৱাকচিং উনলেনসু চৎথ্রনি
লাক্লোনে নঙবু চান্নবী
ফাইরেন থানা লাকপসিদা॥

ঙরাং ঐগী মঙলান্দা
নঙনা ইমাঙদা লাক্লম্বা
ঐবু লক্লগে খনবরা
নুংশি মমল কাহনবরা॥

অঙাওবা হায়বদো ওইরেনে
নঙবু ঙাইবদা পুক্নিসে
কাউরবরা নঙগী ৱাশক
লাক্লো নঙবু নুংশিবী॥

তাং ৬/১১/২০০৮

# চীনবালসিনদি নুংশি হায়হৌদে

চীনবালসিনদি নুংশি হায়হৌদে
থম্মোয়নদি লোন্না হায়খরে
নুংশি হায়না মফমদা
অহানবা উনবা মীৎকৃপ্তা॥

হংনখি থম্মোয়দা ৱাহংশিং
মরোল লোনবী মীৎস্নানসু
পাউখুম কয়াসু পীনখিনে
ইচিল থোক্লা হায়দ্রবসু॥

পাঙ্গাল থোকখিদে মতমদুদা
ওইরুবনা শাগে অমত্তদা
চাক্লা-চাক্লা লাপ্লখি
নুংশিখিদবদি নত্তে থম্মোয়সিনদি॥

তাং ৬/১১/২০০৮

# নুংশিবা হায়দুরা করিনো

নুংশিবা হায়দুরা করিনো (মসিবু)
ব্লাখলসে অসুক লৈতাদবসে
নঙবু উরুবা মীৎকৃপ্তে
পৃক্লিংসে ইরাঙদা লাঙবসে।।

নঙবু নুংশিরুবা ঐহাকসে
নিঙোলগী মপোক্তা পোক্লুবনা
ইকায়বা হায়দুনা পললোনখিবনা
নফমদা নুংশিবসে ফোংঙমদেনে।।

কৌবিরোনে নুংশিনা অমুক্তং
পেঞ্জগে থম্মোয়সে নশুংলাংগী
নুংশি ইরীক খীকথবিরো
থম্মোয় য়েন্নীংসে চোংহনবিরো।।

তাং ১৬/১/২০০:

# নঙবু খঙনরুবা মীৎকৃপুগী

নঙবু খঙনরুবা মীৎকৃপুগী
নিঙোলগী থম্মোয়সে
খোয়রাংবা অসুম হেল্লক্লে
লাঙতক্লহল্লে থম্মোয়সে অহিং নুংথিলদা।।

নঙগী শক্তম, নঙগী ব্রাঙাঙ
উদুনতা লৈরে, মীৎসিদা তোয়না
তাদুনতা লৈরে নাপ্পসিদা লোন্না
মতম পৃম্বদা ব্রাহন্দুনতা লৈহনবা
মসিবু কৌবরা নুংসিবা হায়বদো।।

উরে খোয়রাংই, উদ্রে লৈঙমদে
হায়নিংবা কয়াসু নফমদা ফোংঙমদে
তোল্লিদকো নিঙোল ওইবী মপোকসে
নৃপা ওইবা নঙনদি খঙলল্লোই
থম্মোয়নুংদা তৃমিন্না থমজরিবা নুংশিবসে।।

তাং ১৬/১/২০০৯

# নুংশিবা নঙগী ৱাহৈদুদা পঙথরে

নুংশিবা নঙগী ৱাহৈদুদা পঙথরে
নঙগী নতৌদুনা ঐবু ঙাওহল্লে
করম্বা লাইৱা পুবনো নঙসে
লায়না শুমহৎখি নুজা থম্মোয়বু॥

ইঙাও-ঙাওনা লৈজরম্বা ঐসে
ইচম-চম্না লৈবা য়াদরে
নঙবু থেংনরুবদে থম্মোয়সে লৈতাদরে
পুনশিনখরে নঙগী নুংশিগী থৌরীনা
হেন্দোকপা ঙমদনা পোনগী চেক্লাগুম॥

থাবল ফারবা অহিং কয়াসু
থাজ মাগা ৱারী শানখি
নঙগী মরমগী অচীকপদা ফমদুনা
চোকথবা লৈতনা নঙগী ৱাখলদা
অহিংদো হৌখিবা খঙদবা মখৈ॥

তাং ১৭/১/২০০৯

# ইথক হৌরে থম্মোয় লাইয়ুমসে

ইথক হৌরে থম্মোয় লাইয়ুমসে
নঙগা অহানবা থেংনরুবা নুমিত্তে
নুংশিবা নফমদদি ফাওদবরা মসিবু
নুজা ওইবিতনা খাঙজবরা মৈচাকসে।।

নুংশি হায়বদি ঙমজদে ইচিলনা
নঙবু উরুবা মীৎকুপ্তুদা ঐনা
লোম্থোক্রুবী থম্মোয় অসিনদি নঙতবু
নুংশি হায়রি থম্মোয়নুংদা লোন্না।।

অহিং কয়া মৈচাক খাঙহনবা
নঙদি খঙলম্লোই নুজাগী অৱাবা
নুংশিবা নঙগী নুংশিগী ইরীক্লা
খীক্তুনা ইঙহল্লো ঐগী থম্মোয়সে।।

তাং ১৭/১/২০০১

# কুন্দো পরেং নীংথিবী

কুন্দো পরেং নীংথিবী
হূক্কনি কৈদৌঙৈ ইখূৎসিনা
পাম্মুবৈ নুংশি ঙকশমদা।।

লোইদাম থাজ য়াম্লক্লে
পাম্মুবা চেঙলৌ উদবা
নুংশিবা খোঞ্জেলসু তাখিদবা
কৈদনো নঙবু চান্নবা
নুংশি ইখৌ লাংলেনে
মীৎমাঙদা লাক্লো চান্নবা।।

নঙগী ৱাখলদা লেংজখিবনি
নীংথিবী কুন্দো পরেংসে
লৈরাংনা লৈমল চন্দ্রিঙৈ
লাক্লোনে নঙবু ইমাঙদা
লৈরাংনা লৈশক হেল্লিঙৈ
নুংশি পম্বুং শেল্লসি।।

তাং ১৬/২/২০০৯

# কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈখিনি

কয়াম কুইনা ঙাইদুনা লৈখিনি
নঙগী ঐগী নুংশিগী পন্থুংদো
হায়যুনে চান্নবা পূক্লিংসে লৈতাদ্রে
অসুম্মা নঙনা করিগী ৱাহনবা।।

করম্বা নঙগী অরোনবা ৱাখলনা
নুংশি হায়না হেক্তা ফোঙদ্রিবা
অদুগুম্বা নঙগী নতৌবু উরগা
চিংনবা ফাওরেনে নুজাগী থম্মোয়দি।।

ঐনদি নঙবু তশেংনা নুংশিজৈ
নঙনদি ঐবু করম্মা খল্লিবা
লাঙতক্নরে পূক্লিংসে চাক্লা খাঙলেনে
নঙগী ঐগী পন্থুংদো ঙাইবদা।।

তাং ৩০/৪/২০০৯

## কায়নবা নঙসে করিগী লৈরম্নি

কায়নবা নঙসে করিগী লৈরম্নি
মসিবু ঐগী ইরাইবক হায়দুরা
নুংশি চৈথেংনা তত্তনা য়েবসে
থাজরুবা খুদিংমক লম্মখাঙদা মাঙবসে।।

শাগৎচখিবনি আশা কয়া অমা
ঐগী অশেংবা খোঙলোয়নি খন্দুনা
লৈকংলা ওইরুরবা ঐহাক্কী ৱাখলনা
নঙবু থেংনরুবা মীৎকুপ্তগী লোন্না।।

হে নোংদম্বা নঙদি নোক্লিবরা
ঐগী (নুজাগী) মীৎলুগী পিরাংসে উরগা
নোকউ থম্মোয় পেন্না অপঙবনি (অপঙবীনি) হায়রমখো
মতিক চাদ্রবনি (চাদ্রবীনি) হায়না ইরাল শীরমখো।।

তাং ১/৫/২০০৯

## নুংশিবা হায়বদো অসুম্না ৱাবরা

নুংশিবা হায়বদো অসুম্না ৱাবরা
পন্থুংদো ঙাইবদা কয়াদি খোয়রাংবা
কায়নখিবা থোক্লবদি করিদি ওইহৌনি
মণ্ডল-মণ্ডল খল্লেনে নুজা পূক্লিংদি।।

মাগী মতৌনদি ঐবু নুংশি হায়রি
খন্দা খল্লুরগা অমুকসু চিংনহল্লি
থম্মোয়সিনা ৱাজৈ খণ্ডহৌদ কায়নদরা
অসুম্না চিংনদুনা চাক্লা লেনবসে
নুংশিবা মাগী হৌনশারা মসিবু।।

কায়নখিবা কয়ানি নুংশিবা হৌরুরগা
অদুম্না থোক্লবা মা-ঐগী মরক্তসু
করম্না তৌহৌনি ঐদি খাংঙল্লোই
মৈচাক্তো কিজৈনে পুন্সিদা খাঙজবা
থুংনবা হায়বদো পামজৈনে ঐদি।।

তাং ১/৫/২০

# চোংলে মিহুনসে কন্না কন্না

চোংলে মিহুনসে কন্না-কন্না
হায়ফম তৌফম খঙজদবা মখৈ
মাগা উনরমদাই মীৎকূপ অসিদা
পূক্লিংসে লৈতাফম খঙদবা মখৈ।।

ঐগী ঙাওরবা মীৎ অনীসিসু
তপথনা লৈয়ু হায়বা য়াদরে
মাবু লাকপরা হায়না থিরক্লে
তথক-তথক, তহা-তহারক্লে।।

ঐসে অসুম্না অমুক্তা থোকখিদ্রি
চারম-থক্লমকা ইখঙ-খঙদরে
হন্দক-মরকসে লৈতাদ্রে ব্লাখলসে
ইতাউ-তাউই, ইথক-থক্কৎলি।।

তাং ২/৫/২০০৯

# নঙোন্দা অয়েংপা ওইরবা

নঙোন্দা অয়েংপা ওইরবা
থম্মোয় মশক খঙদনা নুংশিরুবা ঐসে
কায়না মৈশা খাঙহৌরগে ঙসিদি
খল্লরোই অমুক নঙগী রাখল।।

নঙনা ঐবু হৈনদ্রিবগী মরম
খঙই ঐসু থম্মোয় অমা পানবনিনা
ঐনা নঙবু কয়াদা নুংশিবা
নঙদি খঙলোই অহেনবদা থিবনিনা।।

নঙনা নুংঙাইনা লেনখিবা পুন্সিদো
য়েংজগে লোন্না কনা খঙহন্দা
মদুতনা ওইজগে নুংশিরুবৈ মহৈ
কায়নরবসু মপোকসিদা নঙগা-ঐগা।।

তাং ৬/৫/২০০৯

# পাখঙ কুইনা ওইরকপসে

পাখঙ কুইনা ওইরকপসে
ফজফম ইরৈ লৈতেদা
মায়সু সুম-সুম খুইজিল্লক
চহীনা সুমসুম য়ামশিল্লক।।

অৱাংগী ইতাউ তোমালদো
ঙন্না ময়ূম পানখিবদো
অঙাং অহুম শুখরে
অহলদো মেট্রিক থাখরে
ঐনা শোমদা কেরিঙৈ
মখোয়দি মচা চাউখরে।।

য়ূমদা লৈরে লৈঙমদে
ইমাগী ইশৌ খাঙবদা
মপান্দা থোক্লে ফরকতাই
ইমান্নবা অমত্তা লৈতরে
মসিবু করি দযানো
নাম্মা হাঙবা হাযদুরা।।

তাং ৭/৫/২০

## য়েলহৌঙৌদগী অমত্তা ওইনা

য়েলহৌঙৌদগী অমত্তা ওইনা
হিংমিন্নরকই নুংশি চান্ননা
কনানা চীংমীনো কনানা তম্মীনো
খায়গুমসি ঐখোয় জাতি ধর্ম্ম
চাওখৎপগী লমজেল পূনশিন্দুনা য়াওরুসি।।

কদায়দনো ঐখোয় খেন্নরিবা
কদায়দনো ঐখোয় মান্নদ্রিবা
হৌরকফমসু অমত্তনি পূন্নমক
শক্তা-কুচুদা ইমান্দা মান্নে
ঙল্লোই পুথোকপা খেন্নবা কনানা।।

নঙগী অরৈবা পুথোক্তুনা
পীয়ু লৈজদ্রবা মঙোন্দা
নঙগী নুংঙাইবা শরুক খরা
য়াওহল্লু ৱারবা মাবুসু
মদুনা পুরক্কনি অপূনবগী শক্তম।।

তাং ৮/৫/২০০৯





১। বিদাইনা পন্থুং ওইরগেরা ২০১১ (ঈশৈ)

২। ঐনা নঙবু নুংশিবগুম নঙনসু ঐবু নুংশিবরা ২০১২ (ঈশৈ)